# ꯆꯌꯣꯝ ꯊꯨꯞꯀꯤ

# চয়োম থুপকি

(MEETEI PHILOSOPHY)



অচেনবগি চেঙজেল
অতানবগি চয়োম

— আইবা

**HIDDEN TREASURE**
**IMPHAL NORTH**
**Present**

# "CHAYOM THUPKI"

অইবা : ঐইচ, মকর লুরাং, মন্ত্রিপুখ্রি, ইম্ফাল।

অফোঙবা : এস. অচৌবা খাবা ঙানবা
খুরাই খোঙাম লৈকাই।

 মমল লুপা ২.০০

(i)

Commerce Without ethics
Knowledge without Character
Pleasure without Conscience
Politics without principle
Science without humanity
Wealth without work
Worship without Sarcrifice.

—Mahatma Gandhi

লোইবী চীঙোল শেমলসী
ভম্পাক য়ুমফম থোল্লসী
রায়েল খরায় থারসী
মচং মচংভে থল্লসী
থোম্মাং লম্মল শিংলসী

—এডমিনিষ্ট্রেটর ইউ, এন, সি, সি, এ
১৯৬৭ ইং

মতম মফম মরম কায়নফদে,
লৈপাক নিংথৌ মায়চৌ থানফ:দ ।
ঊনাৎ ইনিজ লাংদবা শাংলে,
লয়পুঙ য়াকাস্থু য়াওদবা কুইরে,
ভাইবঙ লমজেলদৌ হংচাৎনি ।
খোঙকাপ নোৎপদা রাগনি,
খুনোংথেক্কি লাইকোলদা,
চয়োম থুপকি খরদং,
থুপচাননা য়াল্লমসা ।

—হীদন ট্রেজর ।

# ৱাহৌং

হিংবা ৱারক্লবদা মাঙখিবা মতম পাম্মৱকপা চিৱবা মতমদা তখিত্র বা কয়া তানীঙ উনীঙলকপগুম ৱাথল লৈবা কংলৈচ শিংনা ইপা ইপুনা থনম্বা লৌশিং কাঙলোন কয়া নোংহৌনা পাম্নৱকপা মতমনি। অতুগা লাংরিক অসিগি মচাক্তি মাংলমচতা ঙাঙন শানৱম্বা মহুং হঞ্জিনথ্রবা মত্তেক মত্তেক অহলশিংগি চীন্দা তাড়না লৈরম্বদগি থোমজিনহোবনা নম্মি। চক্রি তক্লগা চমাং ফংবগুম অহলগি ৱারীদি তাহোরগা ৱাফম কিশিদী লৈরমদব বঙা য়াওরি। ৱারীদু নোংথাঙ চাইরবা ৱাথলগি ভুবল চঙলগা পুথোকচবা ৱাতেকনিনা চেংঙো তাবদী ইতিক নত্রে। অতুবু অঙাওবনা কোঁঙু চরা নোংংমৈ হায়বা অমদো লৈবনিনা "চয়োম থুপকি" কৌবা লাইরিক মচাসী ইজরবনি।

মমীংপু থুদেক্তবদী মকুম মথদা মরম্নাই চোংজরকপগুম অহলশিংনা শিবদা পুখ্রগদবা ৱাফম কয়া থুংহোবসীবু মাঙনবা অমদী চুম অবান নৈননবা লৈপাক মীয়ামদা লাম্ভোক্লগা কাম্নবা মচাক মরীক অমশুং ফংংগসু চোকথরবা নহারোলগি চক্ষমতদী ওইগদ্রা থন্দুনা অফোঙবনা পুথোকপিবনী।

— অইবা

# য়াইফরোল

চীঙনা কোয়না পনশাবা হাওনা কোয়না পনঙাকপা
মৈতৈ সনা পুঙময়োম্পনা য়াইফরে ।
মঙাং, লুয়াং, খুমন, শরাং-লৈশাং, অঙোম,
খাবা-ঙানবা, মোইরাং ভিল্লে ।
নোংদোল খেংপা কৌব্রু পাক্ল লংবা লোক্তাক
চীঙ্ মাগি খুংশেম্না নিল্লে ।
সনা থোঙউ থোক্লিবা মফম লুপা থোকউ থোক্লিবা লৈপাক
চীঙ তম পোকপী ইমানি ।
নুমিৎ কান্নিঙৈ কাহৌরো থবী চাউরিঙৈ চাউহৌরো
লৈপাক নিংথৌ পুন্না য়াইফরে ।
য়াইফরে য়াইফরে য়াইফরে
শিদয়াই নাদয়াই ফংলে
তেংপানবা মপুনা য়াইফরে ।

ইজবা :— এইচ মকর লুয়াং

অকোঙবা :— এস, অচৌবা খাবা ঙানবা
খুরাই খোঙাম লৈকাই ।

অইবা :— এইচ, মকর লুরাং
মন্ত্রিপুখ্রি, ইম্ফাল ।

কপি মশিং :— লিশিঙ অমা আগষ্ট ১৯৯৫ ইং

নম্বকম :— চীঙ-তম প্রেস, নাউরেমথোং ইম্ফাল ।

# চয়োম থুপকি

(১)

থাওয়ি লোক্তাক ইয়াইদা লোইনাম খাজ তিল্লু কলৈ কাকয়েন য়াম্বা খোঙ্জেন্দা থরো লেম্ফু তাউবগুম হৈতনা পোংথিরুবদা লৈপাক্কি লেম্ফু তাউরনি রায়েল হৈঙম শিংঙমলোইয়ে।

খোংনাং থাবা

থকসি খাসী নাইদ্রবা লুংশিবা মশক খঙদ্রবা তমথিরবা মতম অমা লাক্কদৌরে তাকপা রাফমনে। মতমহু য়েরবদা মপা মচা খঙমররোই অঙম অঙম খাঙনা য়ান্নবাগ ঈনা লোক্তাক খরা শারনি। ময়ায় লেপলিবা কাঙবুন কয়রক তিন্নহুনা থন্নদনা লেইদান খাজ কয়ামুক লুকথ লুকথ লৈনরনি। কাকয়েন্না নোংথক্তা খেকপদা লোক্তাক্কি থরো লেমফু তাউবগুম, খঙদবমখৈ কৌশিন হৈতনমখৈ খোংজিন লৈপাক ফমবৈ লাংবনা লৈপাক্কি লেমফু তাউরগনি রায়েল লংজিন খঙগরোইয়ে।

(২)

লৈপাক মাইবা খুরাইতাও
নিংথো মাইবা চিরাইতাও।

মণীপুর লায়না ফজবা মাঙলমচংকি বানি। হান্নগি মীশিংদী মাগি মাগি থোইনা কান্নবা থিদনা মথোদা পুক্কিঙ চংই। অতুগা হায়নবা য়াফম শোয়গনি হায়বসীমগা কৈ লৈবগুম কিনৈ। লৈপাক্কি মাইবা ওইরক্পবনীনা নোংজু মুংশা অহিং তাইবঙ লৈত লাইরা খাক্তনা য়েনবদা

থুরাই তাংবনি। অদুগা অমুক নিংথৌগি মাইবনা হায়নীংবত হায়বা নিংথৌগি রাকম ঙাক্লবা খনবদা চিরাই তাঙনি : হাররিব অনীসিমক ঙসিদী মমিং তাদ্রে।

(৩)

অইংববু শাহনবা ঙম্মী
অশাববু ইংহনবা ঙমদে।

মসী অতপ্পা অইংবা চনীঙ তাবগি মতিক ময়ই ফেংদোকপা রাকম অমনি। চনীঙ তানা থম্বনা অশাউবা কম্লকপা কয়াবু মায়থীবা পীবা ঙমই। তপনা শুব থবক্তি শিল কযা পাঙত্রবস্থ থবক ৎেংথানবনি। লোক্লুংগি ইংলবা ঈশিং মতু মৈথক্তা লোনবদা চুম্নগি শাবত নহনা কংহনবা ফাওবা ঙম্মী। মথংদা অমুক অশাবা ইশিংছু মৈংক্তগি থাং-থরগা থম্বদা ঈঙবদী য়াই অদুগা মুং ফাওবা অইংবগি মহাউ অদুদী কৈদৌম্নুংদা ফংলরোই। শাথিনা খুৎথেংক্লবদগি য়ৈখংপা ঙম্বা অহল অমনা থামতুনা ইংলে। অদুবু থমোইদা য়েকথ্রবা শাওবগি মৈচাক্তি থক ইংহনবা ঙমলোই।

(৪)

মীংকি হিদাক ইশিং য়াগি হিদাক থুম
য়ুমগি পাঙ্গল ফক্লাং মীগি পাঙ্গল থাঙ।

রাফমসী ইরায় লায়বা কাউবদী কাউহনমিংদবা মরমদগি থনস্থ-রানে। মীংতা অইংবতনা য়াদা অয়াকপতনা হিদক তৌগনিয়ে ফক্লাং কল্লিমখৈ য়ুম তুবা হৌনদে, খ্বাংবু য়াত্রবদী কম্না কম্না পাঙ্গলতু শিজিন্নব য়াদ্রে।

(৫)

## ওরাংগি রাফম থন্নসী/হয়েংগি রাফম মৈনসী।

য়েলহৌভৈগা পোলোইগা অনীগি লাংদাই রানে। মমৈগা ময়াগা চীক্লবা ময়াদা লৈবা লাইরৈপাক্কি মীশক্লা থনম্বা রানে। পানগী রা থন্নগনি মুংগি রা নৈনগনি, থন্নবদগী নৈনবনা শাথিনা হকপনে থাংও। ইপা ইপু লাইশিংনা ইরম্বা মাঙলমচৎকি থোকথ্রবা থোথোক রাথোক অতু অফ ফত্ত থন্নগনি ফত্তবা হাইদোক্কনি অফবা খুঞ্জিনগনি। মসীনা খরা য়াংবা অহুগা তুংদা করি থোথোক থোক্লগদগে অকায় অতোই লাক্কদগে থঙদবা অমম্বা রাফমসীদি থন্নবদা মচি লেংলোই। থোক্লিবা তুংগি রানিনা মতম চঙনা থক্কি রাফম মাংগি থোথোক পুল্লগা মশা ওইনবা নৈগনি। কয়ারক মরেক কোথৎকনি মাথি তাবা হৈদোক্কনি। মরমসী লৈবনা নৈনবনা হকই হায়বনে।

(৬)

## অপীবা লৌ পীক্ক থনগনি
## মুন্দুনা লোন্ পুম্মুং মুংকনি।

অপীবা লৌ হায়বসীদা কিশি অমা লৈরে! ঐনা অপাম্বা চাং অমা নিরুবদা মশুং অমা পীরক্লবদী মতু লোগদ্রা থন্ননীঙাইনি। লৌ-ক্লরগা থবক্তা চন্নদ্রবুনা অমদী শাওমীংবুনা অরেম্বদা মাংহনগ্রবদী কৈ-দোনুংদা থঙৎলক্লরোই। তাইবং মী হায়বসী চৌনিংবমা পীনিংদবগি মশিঙ হেল্লি। অহুনা মশুং অমা পীরিবহুম্বু মুংশিবদগি পীবনি। হৌ-ক্রিক রাখলগি লম্বী অনী ফংলে, অমনা পীরক্কদবা মীশক্ক ঐবু মুংশিনা মীশক ওইবা অদুগা অমনা পীরক্লিবহু ঐগি ফংফম থোকপা চাং ওইদ্রা অসিনি। ঐবু হেক মুংশিবদী ঐতনি, ঐনা ঐঙোদা ফংফম থোকপা

শরুক পীরবদি ইখুৎনা হরাওনা লৌরগা তুংশিনগনি হায়বদি হুমাংমন লৌ মাঙলয়োই হায়বনে। মুন্দুনা লৌবা হায়বসীদি অকনবনা মমহুনা লৌবনিনা ঐবু হেননা কনবা অমনা অমুক মঙৌন্দগি হেন্না লিংবনা খুৎথাঙ অমুক লৌগ্রবদী বরম্বা মতমদা তুংশিনগদগে ।

(৭)

ক্বাক্কি চাকচা য়েংজৌ
য়েনগি য়াহিপ তমজৌ ।

য়েনগি য়াহিপ তমজৌ হায়বদী ঙন্না হৌরগা হকচাং ফৈ থবক পুম্নমক নংই শোয়রবসু হন্ননিঙাই মতম লৈ অহোঙ অচাউ ফংই অমসুং হান্না উবা খঙবা হায়বহু ওই হায়বতনি । য়াম্না নুবা মচাক চেনবা রাক্ষমদী কাক্কি চাকচা য়েংজৌ হায়বসীনি। চান্নিবা হাওই হায়বা রা মরৌ অমা অমুক লৈরে। মসিগী রাহুস্থোক কয়া লৈবা য়াই, অহুবু পুগদবদী ক্বাকনা কোপাই পাইহুনা রানা থিরুরগা চহুম অমত্তং ফংলকপহু খিল্লগা কম্না খোংইবহুনি। ওসি ময়াম কৌরগা অমনা অমুক হয়েং খোংগনি মথংদা অমনা অমুক অহুনদী মচিঞ্জাক থিবগি অরাবা থরদী লেল্লে ।

(৮)

লৌউবা পুক্রিং ন৲ংঙাই
লৌশিনবা মীবা তাই,
লৌরংবা পুক য়েকই।

থরান থামৈ লাংবন থাকোক চঙলকপদা সুংশীৎকি কৌয়োইদা ফৌনাগি জগোই মরক্তা থক্কি নোংকুপ খীকথরকপা তাঞ্জানি। লৌমীনা শাবন্দা কমসগা মানা লোক্রদবা কৌথোক্কি চাং অহু মমীংতা উরহুনা

মুংঙাই। মথংদা লোপান্নবা মীশক্না লৌ শংতোক শংচিন তৌবগি মীরা মীশা খয়া মতায় রাকন অ'নিসি থোইনা লুদে, ঙাইহাক মুঙাইবা ও ইহাক বাবা হৌনশানি। ইকোন কোনবগি "লৌরংবা পুক য়েকছি" হায়বা অসীদি শাথিনা রাবগি মওংনি। নীপা অমা লৌ উগে হেক মীংলকপা মুমিংতগি চঙগদবা পোংচঙ লাঙবদা থবক্না হাজিল্লক-লিবনি। মবৌ লৈতবা মশল লৈতবা ফৌদী অমসুং হৌজিক হৌজিক চানীঙাইসু লৈতবা অতুগি মথক্তা থাঙ্গোল হুমাই কাওবা হেক রাইতুনা শান্দুনা লৌউবা নীপাতুনা লৌ লৌরগা ফংগদবসী য়েংউ। লৌশান শনশান, পুরুবা ফৌদী চানবা লৌশিল্লুবা ফৌ অমসুং খুংজু খুংল'ইগি ফৌদম পীগ্রগা ফৌশৌ চবা অমত্তং চাহৌগদ্রা অসীনা ওইবে পুক য়েকএ হায়বদী। অসীগুম্না মৈতৈ ঐখোয়সে লোল ময়েক লাইনিঙ অমসুং লৈঙ'কলোন পুমরাই রাইরগা পাল্লিয়ে।

(৯)

পেকতুনা লোবা পেরুকনি
ত্রি ত্রি নম্বা শৌগ্রিনী।

খজিক্তং কান্নবা লাইরোলনি। ইকচাংগি শক শযাংদা চঙগ্রবা অরিবা মুংশীং মখে পেক্তুনা তাশিল্লগা থাদা থাদবা ঙমই হায়বদগি মাবু পেরুক কৌবনে। খোয়দৌ মথাগি কোমদা মুংশীং অশাবনা মৈবদা ঈশিংতু পুমতুনা পক্তা প্রুক প্রুক শৌগংলকপদা ত্রি ত্রি নমথবা ওম্বনা মাবু শৌগ্রি কৌবনে।

(১০)

লৈ থুজোক ফংপনা হুয় খুয়া ফংবনি।

থুজোক অমা চাইথোক্লবদা খুয়া অমা খামগনীয়ে। মপাল শাজিবা খুদীঙমকলিব লৈ কৌঐ। ঙঙাই ফদবা থরমখে হেক্লবসু

পাঙ্খীথক্তা মপাল মল্লাং কায়না শাংহল্লবদী মহয় খরদং য়ানবদী শোয়েদ্রে। খুল্লোকপি শাম্নবগি কাওলোন্দা অতাংনা উংলিবসীমক ঙাখল লোনসী মাঙদনবনি। খুজোক থল্লবা মরূ অদু মপুদা কংশগি পান্দম লাক্তুনা নোংথক্তা হুনগংলে তারকপা খুনমদা য়াবমথৈ তুংলে। মথংদা অমুক লংখৎপদা খুয়ানা লোক্লিবদু মাগি মরূ শরুক ওইরবনে।

(১১)

শাগোন্নবা অথওবদা হংউ মরূ ফংগনি
লেংথৈনবা অহৈবদা চংউ মচু ওনগনি।

চারোন শুরোনগি মরূ থনম্নবা অমা অদুগা মশাগি হৌজিক্কুগি য়েংবা অমা লম্বা অনী মশক তাকপা কাওলোম্নে খংও। লাই ওইপ্রবা মপা মপুশিংদা মমুং তানা হংহৌদুনা খওলবদু শাগোন্নবা অথওবনি। মঙোন্দা হংলবদী তুংগি অচওবা মরূ ফংগনিয়ে। শোয়ক্কদবা লাইগি মাবু লাইবা কৌবনে অথওবগি খুংসুনে। অচুম অরান য়েংদবা খুংশেন্না ময়াম্বু ওকহনবা ওম্বদু অহৈবগী খুংলাইনে অদুগা মখোয় মশেল লেংথৈ-নদুনা চংনবনে। অসিগুম্বা ওঝাদা চওদুনা খুংলাইসী লৌরবদী সনা লুপা ফংদুনা মচু ওনগনি। মুংলমদাইগি থাউমৈগুম ওসিতগি খংঙান খুংলাই পায়নবসীনা অচওবা মরূ খুলহৌররোইদ্রা হায়বসী অহলগি তেংথারোলনী।

(১২)

চৈ কারিবা হঙোইবু চৈকুম শামুনা নেংপনে
শামুনা নেংপদা য়েরুম কায়দে।

ইয়াং য়াংবা বাকমনি। চৈ কারিবা হঙোইলিনা মালা তৌজিংবা

থবক তৌবদা খোঙলো পল্লোক্তে খঙলে। অদুবু মাদা কন্দুনা হঙোই অমগি লাইনা পীবা পাঙ্গলদগি হেনবদী থক য়ারোই। অদুনা মরাই চায়থরবস্তু শামু অনাবা অমনা নেৎপদা হঙোই মহী চেনগনি। অমরোমদা ফিরেপ চানা লৈপ্রবদী য়েরুমদা শামুনা নেৎপা থাঙই হায়রি।

## (১৩)

## শাদগি লাই থাইরে, মীদনা লাই চঙলে।

শা ঙা তীল কাঙ উৎেক পুম্বসী শাগি মঙ্গুং চল্লি। মখোয় অসীদি মপা মরোমদোমদা হিংনবা মচিঙ্গাকস্তু রাৎতনা চাইথেক্তুনা থমলি। অয়াৎপা লৈত্তনা মগুং তানা শেমহুনা থমলীবনীনা শাদগি লাইনা লাপথোকলে অদুগা মখোয় মখোয়স্তু লাই নীংথগি থোদাং লৈত্রে। অদুগা মী হায়বসীনা থৱায় পানবশিংগি মরক্তা খাইদগি শোল্লথনি। থরদং ইংবদা কী নত্রগা মৈ অদুগা অকনবা অথৌবা পোৎ অমত্তং থোঙনা নেৎপদস্তু খোংউপ হেক্তা চঙই। থুৎনা হোৎনবদা রাবমখৈ থুংলাইনা তেঙবাংলি অমস্তুং হেন্না লুবনা হিংনবা চিঙ্গাক থিবা হুম্বগি থৌরম অসীনি। অমরোমদা মীওইবদা রাথল হায়বা অমত্তংদী পীরি, অদুবু রাথলনা লাম্বা কংদবা কোঙ্গায় লৈবদগি মাওইবনা লাই নীংই লাইবু থিরকই, মসীবু থিঙাও কৌএ। লাই হায়বসানা অমুক খল্লকই মহুদী ঐনা শেমলিবা তায়বগুসীবু ঙাক শেনবা পান্নগা উম্বদী তাইবংমীতনি। মসা থন্দুনা কায়নগ্রা। তাইবঙমীবু অমুক লাইনা নোহৌনা থিরকপবু লাইঙাও কৌএ। মরমসী লৈবনা মীওইবনা লৈরিবা য়ুমদা লাইনীংথোগকা অমা কন্দুনা থমলিবা অসীসি।

## (১৪)

অমা চৎপা অপুম্বা অনা চৎপা অশিরা
অহুম চৎপা অচঙবা।

খুংগ অমথক্তী চৎপতুদী মানা চৎলিবা মায়কৈ সজাই কবিগ্নি থক্তন্ত্রে মিরী মপাক্ত তাক্রবনিনা হংকমম্ন লৈত্রে। অতুনা কাওখুল মুৎলে পুমলে। অনী শুরবদি পাও ফংগনি নত্রবস্তু অশিবা মশাক্তদি খৎবগি রাফম লৈ। অয়ুগা অহুম হেক শুবদা পাজল থোকলে অমনা অনাবা শওহোক্রে অয়না চেল্লক্কুনা পাউ পীরবে, চৎতুনা মথরায় কনবস্তু ওমলে।

(১৫)

তুমদবা হৌদোকপা লুই
হাও নাত্তৎপা ঙাংনবা য়ারোই।

তুমদবা মীবুদি কনিগি হৌদোকলুনি। তুমলিমাল্লে হায়না লাউ খোংহুনা নীক্তনা হৌদোকদা হোগৎলক্রবদা তুমদে তুম শন্নবনি থঙৎ লুকপনি। হৌদোকপা লুই হায়বদী হৌদোকক্কম থোক্কে তুমদবনিনা হায়বগনে। থংনবা রাফমসীনা অমুক ঙক্কা থোক্লে। মসাগি রাহন্তোক্তি হৌখিবা য়াবী থৌথোক কয়াগি রাফমতনা মনাকোঙতু থল্লহুনা শেগায়-রবা হায়বদী য়াম্না তারবনীনা মাগা ঙাঙনবা থুৎলোয়ররোই হায়বনে।

(১৬)

লাঙগন্ন লাংদা থুগনি
লানগন্ন লাম্ন তাগনি।

রাথল চোইদনা থবক অম্না পাঙনবা হোৎমরিঙৈদা লাঙলবদী থুগাইবা ওইনা থোকই। মপুক্ত ফাবা অলৌবা শক্তজ য়াবী য়েংলি তারিঙৈদা লাঙগম্ন য়ৈথৎপা ওইনা থোকই। নিংথৌনা লৈপাক্তি থৌরম

অমা মানা য়াৎলিজৈদা ঈরাং কাওলম চেল্লবদী ফাজিনবা তাবনি। থাখল য়াওদবা মংগি পাঙ্গলনা মরাল লৈতবা অশোন অনাদা নত্তীক উৎলবদী মীয়াম উপশিল্লক্কনিএ।

(১৭)

মরী থদৎকন্‌ মহয় য়াল্লোই
মত্তাসু লৈসন্‌ মখোঙ থঙলোই ॥

থেক্লা কোয়না চৎলিবা মউ অহুদা মমা চোংলিবা মপাল শাল্লি-বহু মরীনি। অসীগুম্বা মরী অমা থদৎফদে, মরমদী মনা মপাল কংল্লক্ক হনবু কদাইদগি মহয় য়ানগদগে। অহুনা হৌজিক হৌজিক অয়ুক্ক মুমিদাংগি তোংন তিন্নরিবা অমদি থবক ইনথাং চৎমিন্নরিবা অফ-ফত্ত তানহুনা তেংবানরিবহু মরীনে থংও। অশম্বা রাকমদা ঐবু অরা-অনাদগী কনবিরিবা অন্নাং অপা থঙ্গৎপিরিবা মীশক অহুগা লৈনবা মরিদন্‌ কক্লবদী অরাবগি কোমদা তারগনি। অদুগা মতা হায়বসিদি মখোঙদা মকোই ওইনা চোংজবতনি মঙোন্দা মনা চোংগদবা নত্রে। অহুনদী মশক মশা খঙদ্রবা ঐগি ইপাবু পোকপা ইপু অহুগি মনাওনা পোকপা হায়বনচিংবা রারীনা খঙবসিদগি কৰিসু ফংনিঙাই মতেং লৈব্রবনি।

(১৮)

শনাও নারিলও লম্ফেলন্‌ চরাইন্‌
চুংথান পেলোনা

পাঙ্গলগা লিংজেলগা য়াম্না শাথিনা থেন্নে। কল্লবা শামু চেনগনি লাইরেন চেনবা হৌনদে "লাইরেন্না মতীক চাকপদা লফুৎ কাহুনা

শি" হায়বা রা লৈ। লিংজেলগা পাঙ্গলগা অমুক ৎ্তগদি লাম্বা লৈত্রে। পাঙ্গল খরা রাৎপনা নিংথৌগি চয়রাক কিহ্না রাইয় থৈরপ ইবদগি রাহম্বোক খুনবা রানা থোকলে। খোমদোলগি রাহয় মক্ক ওইবা অসীমক পাল্লোনা হায়গদবরু কিহ্না পেলোনা হায়রমলে।

ইপা ইপু সোন সোন সবা হায়না অঙাং তম্বীবগি মওংদা শাম্নরি-বসীমক শোনশিবা হায়গদবনি। খঙলে খরদি থৈনা ইরমলে। অহুবু হৌজিক্কা রাফমসী অমুক নৈনসী। সনাবু মৈনুংদা হুঞ্জিল্লগা মচু হেন্না লংবগুম নরিংজেন হন্দনবা লপাজল য়োকখংলু। অহুগা লীকতা চৎলু ফেলগন্নু অমহুং মীগী চৎনবী রায়গন্নু চুও খান্দুনা পাল্লোনা।

## (১৯)

### পোক্লগা শিবা লম্মন্নি
### মুল্লগা কেনবা ময়েকনি।

মচাক চেল্লিবা রাহয়সী লম্মন্নি হায়বা অমা ময়েক্কি হায়বা অমা অনী অসীনে। পোক্লগা করিগি শিদোরিবা মুল্লগা করিগি কেন-গদোরিবা হংবদা রাহয় অনীনা পাউথুমলি। মপুগি কৈকোম শেংলুগে তাইবঙ কুম্মেনু য়েংলুগে পোকলকপনি। মশাগি শয়েং পান্থোম ময়েং তারক্কুনা লৈকোন শেংবদী হায়রুন্নু তাইবং কুম্ম ফাও য়েংনীংজে। নংগি হকচাংসে মপুগি মল্লবা লননিনা তাইবং মপুদা অমুক হুঞ্জিনফম থোকই। অহুনদী অনৌবা হকচাং অমা শিন্নবা মাগি মনাক্তা য়োদবা ইয়া মাদ্রে। মথংগি রাফম্না নমাঙ থারকপা মপাল কেনগ্রগা মহয় নং লাকপনে, মমুন ফারে মকোক লোয়রে। থক্তা অহুম লৈরবদী চেক্লাগি থায়াত্তা তাগ্রনি অহুগা লয়মায়দা কেল্লগদী তাইবঙদা নংগি কাংলুপ লাকখিনিয়ে। মরমসী লৈবনা হৌরকফম লয়মায়দা কেনবনি।

(২০)

যুবী কোল্লগা কারিগি য়োংনা কপলি।
লোকনুংদা ঈচেলনা কারিগি লেপ্তনা লাউরি।

লেপতনা চৎলিবা মতমগি নাওথেম ইশৈনে। য়োং হায়বসী মথুং লেওই, তিনথুং লাইথুৎতু মওায় হায়নৈ। যুবী উবদা তাপ কোল্লি থক নীকই। মনুংদা কৈনো অমা লৈরে অমুক নীকই হেক কপই। যুবীগি থারবা মপালগি কুয়োম কল্লবা মথংগি মকু য়া খাওবা মতোং ময়োল অহুম্বু য়োংনা ফজাইবদী মতিক নত্তে। মতৌ অসিদা লোকমুংগি কল্লবা ঈচেলনা বা বা হায়না শৈশকলি। ঐনা চেল্লিবসী য়োননবনি লাউরিবসানা খওনন্বনি। নংনা পায়রিবতু ফংলবনি খওলদুনা কপলিবনি। "কপত কপ্পু চেৎনা কোল্লু" হায়বসী পীক্লবা লৈপাবসীগি মনুংদা লৈরিবা য়াইহু ফংনিংবগি তেংথারোলনে।

(২১)

শেংনা চরৈ ফদী শেং
মাংনা চাকশেং চাও।

কন্না য়েৎশিনবা পুনশিনবু চরৈ কৌএ। চরু অমম্বুং ইগি মপুল লাকশিল্লিবতু চরৈনি। মসিদগি চরৈ ফি হায়বা ৱাহয়সী থোকএ। কুমজা কাদনা ইমাগি চরৈ নমখাও হোংগনি, মচা ময়াম্বু থুংনবা য়েল্লিবা লংজা চাকথুং ফদীতু শেংনা শেংলু। অতুগা মতমগি মভীক ময়াই চুপলি পায়রিবা পাম্নৈবা নিংথৌগি চয়রাক কিবদগি মাংনা চমাং চারবসু, পালমগি মশাইগোন্দগি ফংজবা ইমাগি চাকয়িন চাকশেংনি হায়বসী কাউদনবা থনম্বা ৱানে।

(২২)

য়োৎচাবীনা য়োৎ চিংলে
হৈনবীদা নং নপলে।

য়োৎ হায়বা পোৎ অসী মখৈ য়োৎচাবীগি মচিঞ্জাকনে। অদুনা মানা য়োৎপু চিংবদী মচিঞ্জাক ওইবগি চাজবনে। অদুগা মী ঐখোয়দী হৈনবীগি মচিঞ্জাক নত্তে, হায়বদী হৈনবীনা মী থুদীডবু চিংবা উমদে। অদুনা নংতনা চঙদুনা হৈনবীদা নপলুবনি।

(২৩)

মীরা মিপাউ তাদ্রবা
মশাত মী ওইনবা হোৎনবা
মহাকতো অথোইবা মীনি।

মী য়ামলগা রা য়ামই হায়নবা লৈ। মীয়ামগি মরা মপাউবু তাশিল লৌশিল্লবদী খন্দোক খঙিন্দা পুন্সী কোন্নরনিয়ে। মীওইবগী লীচৎ শাজৎকি মমুং চন্না লৈরগা নশাত মী অমা ওইনবা হোৎনৌ। নংগি নতৌ নওং পামদুনা মীয়ামা হেক তম্নরকপা মমীৎতা নহাকপু অথোইবা মীনি হায়না শোন্নরনি —

(২৪)

মরোই মপাং হেক্কচিল্লু
পানাউ শিংনাউ নমশিল্লু।

মমুংদা চেল্লিবা মাখলসী মপাম্থোংগি উল্লিবৈদা ইংখোলদগী মরোম্

মপাং হেকচিন্নু হায়রক্তুগি পান্দম লাক্লুনা ইরম্বা অহৌকপা রাক্ষমল্কিা মাগা পক্কবা লোয়নবা য়াবত্থ মরোয়নি মপাং হায়বত্তুদী মহুৎ অত্থুক্ক শিনরনে। ঐগা মতম শাংনা কায়নদনা মুংশি মুংঙন্না লোয়নগদবা মীশক ঙাইহাক্কী ওইবা মীশক খঙদোকউ হায়বনে। মথংগি রাকম-সীস্থ মহু মঙায় লৈমুংদা নমশিল্লগা হৌরক্কদবা তিলহৌ চনম আলু য়াই-ঙংনচিংবা কয়া লৈম্লি। অত্থুবু পানাউ শিংনাউ অনী অসিগু লৌখৎ-লক্কগি রাকম থিবা তারি। মনাওদা মমীৎ পাল্লি মমিংতগি পাম্বী চোংই হায়বা অমা খঙলে। পুন্সীগি মচাক য়াওবা মীৎকম অনীথক লৈ মহুদী পানবা ঙম্নবা মীৎকম অমনা লৌশিং ফংনবা মীৎফম অসীনে। মমীৎ থুদেক্রুবদী মকুম মথাদা মরন্নাই হেক্না চোংজরক্কনিএ। অদুনা লম লমগি চিঞ্জাক পোংথোক মুংহন্দবসীবু পানাউ থাবা কৌএ। অসি গুম্বা ইপা ইপুনা থনম্বা লৌশিং কাঙলোন হৌজিক্কি মহৈ মশিংগি ঈচেল কংহন্দনবা হোৎনবা অসিবু শিংনাউ থাবা কৌএ।

(২৫)

অপঙবগা ফত্তবগা য়ুমলোন্নৈ
অশিংবগা অফবগা কয়লোন্নৈ।

অপঙবনা তৌবা থবক ফবা হৌনদে, অত্থুনা অপঙবা ফত্তবা মখোয় অনী য়ুমলোম্নবনী। অত্থুগা অশিংবগা অফবগদী রাখল মান্নবনীনা য়ুমলোন কয়লোম্নবা হায়বা য়ারে। ইশাত লৈনবা য়ুমনে পোৎচয় কয়া পৈনবা কয়নে। ফুঙ্গা রারী মচা অমত্তং খেৎগৈ পংলবা নাপা অমা মপী ময়ুমদা ম্নাওং ইল্লন্মী মমিংতু অপঙ কৌই। অহিংদা মথী ফায়-নীংলবদা মপান থোকপা তল্লত্থুনা ফমাংদা ফায়দোকলে। মুমীৎতুদা থেঙ্গু অমা ফমাংদা লৈরমত্থুনা মনমগদা হেক-ফায়জিল্লবে। ঙস্তা হৌরকপঙ্গ থী লৈরমত্রকলা করেদা ঐগি থীসীদি চংলিদনা হায়দনা

অমুক তুমশিল্লে। মথংগি অহিংদসু অমুক ফম্মাওদা ফায়রে অমসুং থেংলবা ফাওবা হৌজ্রে।

মীয়াম হৌগৎলকপদা থেংনজুনা ভুং ভুং ভংনবা অহু তাবদা অপঙবা হৌগৎলগা ভরাং চৎলগা ঙসি কৱিগি চৎত্তে হায়রুনা কাংহূনা থোশ্বদা পুমচাই চাইরে হায়বা ৱা লৈ। অশিংবা অফবগি ৱাদি থোইনা শাংনিঙাই লৈত্তে। মশাগি ওইবা নাৎ লাইনিঙ লীক অমগুদা চৎলিবহু অশিংবা অফবা মীনি। মাগি মাগি নাৎ তোঙাল্লবনিনা পিরিবা পোৎশক অদুসু তোৎশিন য়ানশিন্নদ্রে খুৎ লামশিন্নদ্রে।

(২৬)

অহল মথীনা চফু মেনলি
নাচল মথীনা পাহোমই।

অহলনদী শোয়দনবতা খন্দুনা ভাঙবা নগানা থৌশা ৱাশাদবা ৱাফমহু অহল মথী হায়নৈ। অহিংদা মথী ফায়দোক্লগা নাচল চৎথ্রবসু অরংবা মথীজুনা মানা ফায়রম্বা মথীনি তাক্লি। মশাগি মনাৎ ময়েক লাইনাও অমসুং মহৈমশিং পুক্কে চোম্না লৈজরম্বা মীতৈনে। মশানা ভাক্লুনা হিংলকপা কাঙবুনে। পামহৈবা নিংথৌনা পুয়া ফাওবা মৈ থাদোকক্লুনা মীতৈগী হৌরকফম কাঙখুল মুপৎলম্বদগি মাবু ঙসি ফাওবা পাহোম্বা তোকজ্রি। অদুগা মীতৈ অহলশিংগি ৱাফমদি মাংহন্দনা চীরবা মতমগিদমক মেন্নবা থমই। সুমীৎনা চীঙ মরুমদা লৈথখিবগা ইচাশা ইশিং মায়শিং শোকচিল্লু হায়রম্মা। হায়জবতনি থৌওইনা তাদে চাক ইশিং থোংনবা সোকলে হংগেসু হায়েদে। অইন্না হায়ৱিবদী চাক থোংনবদগি হেন্না লুবা তম্বা ঙমদবা অহিংদা থোক্কদবা অনা অয়েক মৈপোক লাংহৌ কন্নবা ইশিং মরাং কায়না শোকউ হায়বতনে। হৌজিক মীশিং হেঙ্গংলে শেমগৎ শাগৎপম্পি থৌৱাং কয়খেল থুঙ্গং

চিথদনা পায়থংলকপসীদা ইশিংগি মথৌ ডাক্তা ডায়রে। মসী খঙলক্লুনা ইশিং মরাং কায়না অরাংবদা পৈতুনা থম্মিবসীনা ঙসিগি মীয়োলসে অহল মথী মশক খঙলে তাকপনি।

(২৭)

অখঙবগি ওজা ৱাংতে
অহৈবগি ওজা লৈতে।

খঙনবা তাকপদা ৱাঙীগি শরুক্তা নথনা ৱারীতুদ মচিন্দা পুহল্লগা খঙহনবা য়াই। অদুগা হৈনবা তম্বিবদা তাকফম খঙদবা মতাং লৈ। অঙাং অমনা চিংলিবা লৈইত্তু মাগি ওজানা চিংবদা য়োদে। পীথোক-য়কপা য়াওদনা হৈবা য়াদে হায়বসী থুংই ফজবা অঙাং মখুং থীবা ওজা অনীনা য়ারবা ৱাফমনি।

(২৮)

ময়েক উরে লৈপাক কোয়রে
মশোন খঙলে লৈপাক কল্লে।

লাইরিক ময়েক খঙলবদী ইরৈপাক কাচিন কোয়া চংতুনা য়েংবদা লঙ্গী থোং লাইফম তীনফম তুরেল পাংচাউ কয়াগি মমিং খংবা ঙমগনি। অদুগা মশোন হায়বদী ময়েক্তা পুরকপা কান্নবা মহয় খঙলগদী লৈপাক্কী চংনপথাপ লৈঙাকলোন নৈনরগা লৈপাক কনবা ঙম্মগনি।

(২৯)

অতা অতু খুন লাইফম তানফম শেম
মরল্লাই হিংজনি চারোল শুরোল।

ওন্নাং থনম্মা ওসি ঐখোয় হিংলি অদুনা ওসি থম্মীন্নকনা হুম্নেং মখোয় হিংগনিয়ে। অপোৱা মীরোলদা ইংখোল অমা লৌ মচেৎ অমা থম্বিয়ম্নবদী মখোয়না খোকপা শু নোমহুনা হিংজগনি হায়নৈ। অদুনা ঐখোয়না চারোন শুরোলগিদমক থনমগদবা হী য়াইদী ইরৈপাক লাই-কম মমিং চুমথোক্লমগনি লোইননা চেদা মুক তারমন্নবা অহনগি চীনবুং ন্নাফম থোম্নগা ইশিন্দুনা থনমগনি।

(৩০)

অচৌবনা মচারু কোনবা ওমদে
মচানদী অচৌবা লায়না কল্লি।

কুমগি নোংনা চীংদোন্দগি মুংজাও কয়া লোক্লা থাদরক্লুনা মচি মচিদা তাহনা লৈ। ইচেলনা মখোয়বু পুথবা ওমদ্রে অদুবু মরক অহোবদা ইচেলনা মুংকুপমখৈ পুথখিবহুদী মুংজাওনা খক ফাবা ওমদে। অদুগা চীংথকী কা হেন্না চাউবা মুংজাওহুম্ন অহেনবা নোংগি চাংচৎ শাফুদা নোংমদী ওস্থরকনি। মথং মথং থেঙ্গাইনহুনা মুংজাও থরদী মকোক মমৈ খওদনা থাপ্পা ওস্থরকপা য়াই। লেপ্তুনা চেস্থরকপা মুংকুপ্পা হাজীন্দুনা থোল্লবা মুং অহুদা পাল্লবদী লেওদ্রে, মুংকুপনা মুংজাও কল্লে।

(৩১)

হিংলিবা মীশক্তা ন্নাহংলে
অশিবা মমিদা পাউহংলে।

হিংলিবা মীগক অয়াম্বা ঐগি হায়বনা মাঙ থানা থনকনে।

অদুনা মৃঙোন্দা রা হৎলুবদা অচুম্বা য়াকম খাক্রুনা থমহৌরগা অশেন্বা য়াঙাংনা পাউথুমলক্কনি। মথংদা ম্রীয়ামগি কনবত থনবদ মপুন্সি থমপ্রবা মীশকতুদী মাগি অশেংবা য়াকম অখাকপা লৈতনা হিংলিঙৈদা লাওথোকলম্মী মমৈদা ইশিন্দুনা থনমলগা চৎখিবনি। অইবা চেরোলসিমক মশাগি মমিনি মীনম্নববা পাউথুমনি। অহিংবগি য়াঙাঙ তাশিনবা অশিবগি য়াকম লোশিনবা অসী অচঙ অশি য়াফংনবনি।

লাইগী শীঙদা চল্লবা নদিয়াগি নিমাই পণ্ডিত পাঙনগি মথুংতগি মরৈপাক কন্নবা হোংনবদা তাইগংগি লুংঙাইবা শরুক পুমথা থাথ্রবনী। কাইনথঙদা মহাপ্রভু মিংথোল ফংগ্রবা মীয়াম্না হৌজিক গৌরাঙ্গ হায়না খঙনরিবা মীশক অসীনবু অতোপ্পা কাংলুপ অমগি লাইনীঙ হুন্নৎনবা মীগি চালুক্তা খুজাই থাংজিন্নবা য়াফম কাঙথোকলমগনি হায়বসী শংবাইদা উতোং থাজনীংঙাই লৈতে।

## (৩২)

## মরেক চারে হাউরে/মহাউ চুপলে পেল্লে

লেক্রুগা মহাউ থরা ফাওবা মপাগি শরুকপু মরেক কৌএ। অদুগা মহীগি শরুকপুনা মহাউ কৌবনে। মমুন ফারব হৈগি মতোংদু মরেকনি চাষদা হাউবনি। য়াম্না উয়ে তারে হায়বা য়াফমসি মখে মরেক্কি কাংলুপনে। অমুক মন্নদা নপলিবা মহাউদু চুম্না পেনবা লৈতবনি। ইশাদা তেনবাল্লবা ঈদা চুপশিল্লবা অদুমথৈদী মহাউগি শীঙদা চল্লবনে।

## (৩৩)

মৈনা থাউদু চাক্কঙমদে,
থাউনা মৈবু চাক্কপনে।

মৈমা থাউবু চাকপা ঙমদে হায়বসীমক খরা ভায়োন্নবা থোকপ্রা? চনীঙ তানা নৈনরগা খঙগনি হায়বদী মৈ চাকলেদী হায়নৈ থাউ চাক্লে খক হায়নদে। অউবা থোথোক অদু য়েংলগা হায়খিবা রানে খুদমদী থৌরী ভংতুনা শঙ্গ অমা নাম্থোকলম্বা উবদা শল তংলেহাই লাউরিবনী। তংশংনা তংলিবদী থৌরিনি শল নত্তে। অদুগুম্বা থাউ কংলদুনা মৈরি উম্রবদা মৈ মুংলে হায়নৈ। তশেংবা মুংলিবদি থাউ অদুনে। মৈ চাকত্রে থাউ হৈজিল্লে থাউ চিথোকলে থাউমৈ মুংলে। অদুনদী থাউনা মৈদগি মপাঙ্গল হেল্লি হায়বা খঙলে। অদুবু খরা রাংবা চিংনবগি থাক্তা লৈখিবনা অতেনবা খুদম খরসানা লাম্বা রাবনি। মমা শিবগি মৈচাক্তা মৈরি থোক্তা চাকলবদা মচাগি থোম্থাং শুবা তেংথারোলনা মুংগি থাউগি মশক ওইবা ঈ অদু ঙম্মখৈ পি ওইনা শুমদোয়নগত মৈচাক মুংকনিয়ে।

(৩৪)

পক্নবা চেৎপদী পয়াতনে, লানবা লারৌদী লীতনে।

রা উনৌতনা পয়া শিবনি অসিগুম্বা অথোংপা পয়ানা লাকশিনবদা নাম্থোকপা লৈত্রে। নহা ওইবগী মুংশি মুংঙনগি অমেঙবা রাহয়না খঙহৌদনা পুল্লিবনি। পয়া চিংবগি মখোন হেক থোকপদা থংনৈ। হেক লৈশিনববু ক্রক খুনুমথী হায়নৈ। খিত্তং হনখিবদা পুল্লবদা চেৎত্রে, রাহয় অমত্তং কায়ন চনুখিবদা থাইন মৈশা লাংবদী শোয়ত্রে। হৌজিক পয়া অমগা অমগা পকশিন তাইশিন্নদুনা পোংকুপ হাপ্পা য়ারে। অদুবু মপাঙ্গলদী রাৎপনিনা কুইনা মওং কায়দনা লীতুনা থম্বা য়ানবা লীনা মপাল থোপ্পনে।

(৩৫)

রাখল কায়ন লানফদে, পরিং শম্বা লীকলমসে।

মীওইবগি পুন্সী লীক অসি য়াম্না খুঞবা শন্নবা মফৈ অমম্ফাওবা নাক য়েত্তা হাইদোকপা য়াদবা ত্তিংলবা লীকনে। য়ুম্বাল লোনদী লৈঙোইদগি হেন্না কুপই হায়বা ব্রা লৈ, অদুগা লীক অসি চৎপা তম্নবা কা অহুমথক লৈ। নোং ফুং ঙাল্লকপগি কা মুমিং চপ য়ুংবগি কা অদুগা মুমিং খম ভাবগি কা অসীনে। মথং মনাও কায়দনা চঙগদবা কানবা য়াদবা কানে খংও। অপোবা লোন্দা হায়রগা অঙাং ওইরিবৈ মতম শরেপ ফারকপা মতাং অমস্তুং অহল ওইরকপা ত্তাংকক অহুমসিবু হায়বনে। নহা ওইরিবৈদা মহৈ মশিং তমহৌদ্রবা পাঙ্গল কল্লিবৈদা লল থুম তালহৌদ্রবা মহাক অদু অহল ওইরগা লৈবা রাগনি তাকপা রাজনে।

(৩৬)

## চেকফৈ অনী কেক কেক/লমথা পরিং শোৎ।

মীতৈ ইপা ইপুনা পুথোকলম্বা শান্নবা মথল কয়াগি মমুংদা শীঙথানবা য়াবদী, শচিফু থাকোক্তা কাং শান্নরিবা অসীনি। অহলশিংনা কুপ্না য়েংশিল্লগা কাংশঙবু তাইবঙ পুন্সীগি শক্তম ওইনা লৌবনে। ঐনা থবক অমা পাঙনবা মহয় চানবা হোৎনবদা কাপ্লিবা থৌশিলম্না থৌওংদা হেক পানবদা থবক পাঙলে ইথুং চল্লে হায়। মসীমু শমজিল্লগা পাল্লে চল্লে হায়দদগি পাঙ্গল কৌবনে। চেকফৈ পানবগি মখোলগী কেক ল উরবদী মৰ্দ্ধ চাবে হায়নৈ। মদুদী মপুং মরা ফানা থবক পাঙলে হায়বতনি। অমনা চেকফৈ কাপ্পা হায়নদে চেকফৈ তানবা হায়, মসিদগি থম্ম-ক্কবদা হিংনবা মচাক লন থুম তানশিনবগি রাফম অমম্ফু ফংলে। লন থুম তানবগি মতাংসী অনিরকনী হায়বদী মতোমতা পাঙ্গল তেকপমথৈ ভুরগা মরী মশিং লৈশিল্লে, মথংদা মচানা মকোক মপানা মতেন য়ারগা মপা মচা চঙহুনা মযুম মকয় শারে। অনীরক কেক কেক লাউমা

পাল্লে হায়বদা মতাং অনীরক অশি অনা য়েথাই থিজ্জাই য়াওদনা হিংনবা পোংচঙ লাঙশিন্দুনা থমলে। হৌজিক লমথা ইনবগি মতাং লাল্লে হায়বদী অহল ওইরে তাইবং লমদম থাদোক্লুনা অচীকপা মপুগি নাক্ত তম্না পরিং লাক্লা শোং শোং চঙশিনবদা খোঙলৌ পল্লৌরয়োই হায়বা য়ানে। মসী মিঙৈগি য়ুম্বান লোয়ে

## (৩৭)

## লাইরমলেনগি মীরমলোন্ন
## ইপাগিদমক ইমানি।

লাইরমলেন লৈবগি মীরমলেন অমসুং ইপা লৈবগি ইমা লৈতবা য়াদবনি। তাইবং মপুনা শেল্লিবা অং চত্তুগি ফজবা তাইবওসিবু ঙাক্ত শেন্নবা মীওইবা ঐখোয় লৈতবা য়াদে। মী হেক লৈতবদা তাইবঙ লৈত্রে। ইপাগি মচুম্মু মাঙদনবা থুজ্জিল্লিবা ইমা লৈত্রবদবু ঐখোয় লৈখিগদ্রা ?

## (৩৮)

## লুকোকপা য়েংবদা মীৎ নাই
## কোইজোম্বা মবাদা নাকোং মেল্লি।

ঐখোয়গি লৈপাক অসী চীঙনা ইকোয় কোয়রগা, ময়ায়দা কোয়-দানবা তম[illegible]ক্লা মী তাবা লিরবা লৈপাকনি। মীওইবগি হিংবদা চঙগদবা পোংচঙ মখেলদী চীঙদা লৈবনিনা হিংবদা কোমনা খোকই য়েক্লবদগিসু লাপথোকই। হেন্না কান্নরিবদী শাগা তিম্নতোৎননা য়েল-হৌতৈদগি লৈরকপনা, মীতৈনা শরৈ শরাং হৈবা লানমী অমা হেক ওইদুনা লাকই। মসিবু কোকোক হেক কোকখোকপদা মী লৈবা ঙমফন

খোক্কে। অতুনা মরু কোকপসী ঐখোয়দা য়াম্না পামদনা খোকই। মথৎদা মকোই মরাং চোম্বা ময়েক মসোন য়াওদবা য়াফম তানীঙদবসীসু ঐখোয়না খিৎ হেল্লি। কোইজোম্বনা ইশিংদা মৈ হৌহনগনি হেক্ক হান্নজিল্লি ঙম্মসু ঙমখিদে কেক্রুনা হৌহনখি। অঙাংনা থৎনবদা লুকোকপী পাজোম্বী হায়না চৈনৈ অহুগা অরাফম তারবা মীশকপু মরু কোকথোকই। নিংথৌনা মরাল লৈরবা মীশকপু মরু কোক্লগা শুনু য়াইঙং তৈহনা কয়থেল মাপলদা খুঙ্গোইনবগি য়াফম ফাওবা থক্লা লৈখ্রে।

(৩৯)

অহাঙবদু লাইগি শান্নবুঙনি
অফুনবদু তানগি তুংনফমনি।

লাইগি শান্নবুঙদা তীন্না য়মদাংবনে তাকপা য়াফমনে। মশক উদববু লাই অহুগা অউবা তাইবং মীবু তীন কৌএ। তাইবংমীনা হিংজবা ঙম্বা মফম থিরকপদা হিংবদা চঙবা পোৎচঙনা ফুন্না লৈরবা মফমতদা ময়ুম মকয় শাহনা লৈতা খুন্দবনি। অহাঙবা মচেৎ অমা খাইহনা লম্বী পীবদগি নীঙ তম্না চৎলিবসী লাইগি মতেং লৌবনি। মীগি তুংনফম থুল লৈবগুম লাইগিসু লাইপুঙ (লয়পুঙ) লৈতবা নত্তে। লয়নুংগি মওং খঙবা মীতৈ অহলশিংনা অসাগুম্বা মফমদা য়ুম থক তাদে। লম হেক হেল্লুবদা ময়ুম মকয় ফুরা দলান নোং নুংশিৎনা লৌশিনখিবদী শোয়ত্রে। অশম্বদী লাইগি অয়াবা য়াওদনা লমহাঙনি হায়হনা খুল তাগমু তাকপনে।

(৪০)

মীৎচিনা য়েৎউ পায়গন্,
অকোনবগি চীল্লম ঙানে।

উতোংগি মশক ওইরব চাকখাউ অনী মেন্নবা চাংগি লুকপু উতোং মেরুক কোবনে। মসী পাঙ্গল লৈরিবা মীগি চানবা চা নে। অতুনা পাঙ্গল ময়েং থুনা তাদম্নবা থনগ্দা ৱানে। লাম্নিঙৈদা হাউবা ঙাক্তি অতুনা চালুক মচিদগি ঙারৌত্থ হান্ন। চাথোকপু। মমৈ তারকপগি চাক খজিকংত্থ চঙখিবা তারে হায়না ঙানা কপহৈ হায়বা ৱা লৈ। অতুনা চাক ঙমশিন্নবা চীন্নম ঙানে কাউগন্নু।

(৪১)

কাঙমাঙনা কাঙলক্কনি
লীৱানা লীরক্কনি।

ইরৈপাক্কী চীঙ মরু কোক্রে পাৎচাউ ময়াঙ কংলে লাইফম তীনফম মমি শামলে ষ্লেংবদা মৈতৈ লৈপাক মাল্লক্রে। য়োংনা লৌপু তাল্লরে য়ুমদাংবনা কয়নাররে। অরোইবা মীহুল কাঙলক্নুনা নহানা মাঙজিন থানা লানচঙখ্রে। শাগি শারম উত্রিবা লানগি লাল্লোংস্থ খঙত্রিবা লানজাঙ থংবা নহাগি খোঙ্গুল লীরক্কদবদী অরিবা ৱাফমতনে কাউগন্নু।

(৪২)

হো ইপু মেক্রোকপা নংনা হঙ্গেল
চোইনা য়ানবনা মশুং তারেদো।

ৱাপল অমদগি য়ামবা হঙ্গেলনা পয়া শিরগা লাকশিনবগুম য়েক মচাশিংবু লাইনীঙ অমত্তুনা পুল্লকপনি। অতুবু মীতৈ লৈপাক্কী ঈ পুরিবা নত্তনা ঙমই হায়দুনা ইপা ইপুগি মাঙফদবা পুয়াবু মৈ কোকোক থাদোক্তুনা অথাকপা লম্বাল পয়ানা পুনবদা তংলে চীঙদা অনী তমদা অনী খোক্না মশুং তারেদো।

(৪৩)

## নোংদা লাইরেন চহী চামকুনমাথোই, নিংথৌ তোনাবা চহি মরিক্ত পানখি।

য়াফমসীদা নৈনগদবা য়াহয় নোংদা অমস্থং লাইরেন হায়বা অনীসিনা মরুনি। নোংদা হায়বদী নোংদম্বগি খুত্তগি থারকপা অদুগা লাইরেন হায়বনা লাইগুম্বা মতিক ময়াই চেনবা হায়বনি। ইমিৎমক্লা উহৌবা নক্রবস্থ মতমদু মহৌশাগি খুৎশেম কায়দ্রিবা মশাগি মনাৎ রাংমা লান্দ্রিবা মশাবু মশানা মশক খংলিবা মতমনি। অকনবনা অশোনববু তুহৎপিদবা লাইনা পীবা চাকথুংদা পেঞ্জবা মীয়ামগী নিংথৌ ওইবনা মুংশাংমা পানখিবনি। শম্ম। হায়রবদা অহলনা অঙাংবু মুংশিবা অঙাংনা অহুলবু কিবা মতমনি। লাইরববু ইনাক খুনবনা অকনবনা অশোনববু হন্থনা য়েংবদগি থমোইহ মচেৎ তারবা মতম অমা ওইবনা নিংথৌ তোনাবা চহী মরিথক্তা পানবনি।

(৪৪)

## চহীগা লৌশিংগা থুংশম্ননা চৎলি।

চহী য়াম্নগা শিংবা হেল্লি হায়বতনি। মতম শাংনা হিংলকপনিনা অৱাবা থৌথোক মণীও থিডমদনা থেংমগ্রে অমসুং নাম্নোক্রবা পাম্বে কয়াস্থ শিজিন্নগ্রে। চহী য়ামদবনা থৌথোক খরত অয়াম্বনা য়াম্না য়েংনানা লৌশিংস্থ অহুলনা থজিক্কুং হেল্লি উৎলম্বা য়াফম মচা অমম্নি।

(৪৫)

## উয়ুঙ লরাইগি হন্নবা দারিদা ওন্থরে দারিসু কয়া মরাংদে সুপন্ত মরাংই।

শোয়বু শোয়য়ু হায়রবদী নাতে হায়বা লৈতে। ইম্নুবগি লরাই লেম্ফদা য়ুংহুনা লৈরিবা অরেপ্পা রাখল্লোন্দু শং মাস্থোকক্ত্রুনা কম্বদগি দারিদা ওনথবদা রাম্ববগি রাফমনে। অদুগা দারি অহুসু কা হেন্না রাংদে দারি অমগি মরেওগি থোইনা হেন্দেসু হায়রি। অদুনদী ইনেম নেম্বা দারিদা ওন্থবনসু রাম্বা য়াবা হৌনদে। লাইশিংনা থনমলিবা পাউরৌনদি রাম্বরে হায়রিবনীনা মতমনা ইম্নুবগি রাফম কিশি অমদী লৈয়ে হায়না রাখলনা লেপ্লে।

(৪৬)

## মীৎতাওবীনা লাইরিক পারনি
## নাপওবানা ইশৈ তারনি।

ফনা ওকপা রাফমনি। মমীৎ ত'হলবা লাইরিক ময়েক অমত্তা উদ্রবা মানবু কয়া লাইরীক পাগদৌরিবনো। অদুগা করিমত্তা তাদ্রবা মানা কয়া ইশৈ তাগদৌরিবনো। ককওমদবা মাইচৌগি রাকমনিনা ও'সদী ইমাওদা শংশং উরে। ইবেন হোটেল তোক্লবদী কৈদৌরে হংবদা ইবুংঙো নোংমদা চারিবা মী অসী য়ামথ্রে অদুবু শেল খোম্বদদী ইলৈ লৈরমদ্রে, উতোং অহোবদা ইশিং শোকপা তারে। শেল পীরমদে ইদুনা থনমই ইবেনদী লাইরীক ময়েক উবা নত্তেদো অদুনা তোকপনি।

ইতৈমাখোয় ওসিদী ময়োম চাউরেদা কদাইদগিনো শোরাৎ অমা চংলুবনি, পালাগি ময়োমদী কনা হকথ্রে তৌরবুদী ইশৈ মুওাইমববগি তৌবনি। করি মতাং শকপনো হংবদদী হেরা মরোল অমত্তা খওবা নত্তেদা পংকমদা কম্বনি, খি থামনবম্বদা মুওাই হায়বা রানীদা।

(৪৭)

## কোয়থিখাঙ মখুৎ চন কোয়হংনে লৈরোন চন।

কোয়থী হায়বদী মাঙথ্রবা নত্রগা অপাম্বা পোৎ অমা ফংনবা অউপ্পা উনা লোংতুনা থিববুনি। মানা অরিবা রাফম খরা খঙনীংতুনা খুম্বাঙ য়ৈনা থিরকপদা পাথোক্লা পৈরম্বা অহল অমদগি হেক ফংবদা রাপলদগি খুৎচাবী চৈ অমা খাউতুনা পুরকপগুম খুৎপায় চেৎনা থমথ্রগনি মথংদা রাফম খরগি অচুম্বা লীকলম খঙনীংতুনা কোয়হং হুংলকপদা চপ চাবা রাফম ফংলগদা মাদী খঙদোক্লবনীনা নীঙাইদনা লৈথোক্লনীয়ে। মতম রাংলি হায়তুনা পাউতুস্ত্র তাইল্লরোই ফুমতুনা থমথ্রনি হায়বা রানে।

(৪৮)

## পাৎ ঙামন তোক্লনি কোম ঙাত্তিন পায়রনি।

পাৎন প্রোক প্রোক শোবা মীতৈ লৈপাকনি। উমং অমদী পাৎনা পলেম পম্ভৌ শক্লা ঐখোয় চীঙ তম্বু য়োকলকপনি কাউরুক্রা হায়না থক্কি তেল্লবা রাফমসীনা তেংথারি। লামুক পাকপা পাৎ খুবাকমুক্তা ঙায়ম্মে মতু শেমজিন শাজিন্দুনা চরা তম্না মন্দুনা চানবগি রাফমদী উত্রে। মথক্কি রাফম অমদা মীরৈপাক্কি ঙা তিনশিন্নবা ঙা য়োক্লবা কোম তৌবগি থবক কন্না চথরগনি হায়না মাঙজোননা লাণ্ডরমই।

(৪৯)

## মচুগিদমক সনানি/খোংহাঙগদমক তামনানি।

থবক থৌরম অমদা শিজিন্নবা খুৎলাই অমত্তা শাবা য়াল্রবা লনাবু করিগি মিতানরি। মৈহুংদা হুঞ্জিল্লগা হেন্না লংলকপা মচু উবদগি মাবু লৌখৎপনি, হায়বদী সনাগি মচুাদ লেঙত্রবা মচুনি ? অসীগুম্না মশাগি লাইনীং চৎনপথাপ কায়ত্রিবত্থু মচু হেংত্রিবানি। মওং থোহনা ফজত্রবসু মখোঞ্জেল তাবদা পেন্দবদাগি ভাম্নাগি মখোলবু শীওথানরি। লেপত্রবা রাকমগি থাংমা লাক্রিবা রাকমচু তাম্নগি খোন্থাংনি। কদাই ঐখোয়গি লাইনীঙবু মীঙোন্দা হাবা চৎশিবমা লুরাওবনি, অমুক মীগি লাইমীঙ লম্বীদা খুৎ থিংজিনকদে হায়বা মখোয়গি গুরুগি য়াথং মকোক শৎতোক্লুনা কারল ইশৈ শকলিবসীসু য়াক্লে তানীঙক্রে।

(৫০)

## য়াইস্কুল মপাল শারনি খুরাই মহয় রাল্লনি।

য়াইস্কুল হায়বদী য়াইশা খুল হায়বা রনে। নিংথৌগি খুনেং শামু য়াইশা কৌএ নহ্দা শামু য়াইশা শগোল য়াইশা হায়রিবসীনি। মতীক মম্নাই লৈবা অচৌ অশাংবা খুদাবা য়ুমলৈ কয়রৈ ফজবা, লম্বী লমদাং খোঙ্গাই ফবা খুশনি হায়বদগি মিংথোলসী থোকখি। হৌজিক্তি শেমগৎ থৌরাংগি খুজিলদগি, খুল খুদীঙ লম্বী লমদাং ফরবা য়ুম কয় লুমলং লংলবসু য়ুম্থান লোন্দা মমি তাদবনা য়াইস্কুল ঙাক্তা ঙাইরে মপাল শারে হায়বনে। মসীনা লৈপাকসীবু কন্দুনা তুংগি চারোল শুরোল হিংবগি লম্বী য়ানবদী ওইথোক্লে।

চনীঙ তানা নৈনগদবদী খুরাইগি মতাং তসীনে। মতাংসীবু-শক থওনা পৌরৈ থোদা চথরবতদা ইরৈপাক কন্দুনা ইপা ইপুগি মন্ন খুন-গদবনে। পাক চাউরবা লাইগি লীক হৌজিক্তী চৎনত্রবা মোংশোং ওইরবা মারক্তা খুরবা লীকলম মানদী উরিবা মতিক মঙাল লৈবা লীক তাম্বু খুরাই কৌবনে। অতুনা ইপা ইপুনা চংলম্বা লীক অসিদা

খোঙদারগদি পোকপগি মহয় য়ানগনিয়ে। হেনকদবা রাকম ওইবদগি অইবনা মমুং হুক্তিন্না খন্থরুবদা অনৌবা রাকম অমা ফংলে। ময়োল মরি হায়বা রাকম অসিনা পুশিল্লকপা রাকমনি। ঙাওলিবা রাকমনী কনাদনো হায়রবদী মরি লনরিবা মীশক্তু কনানো য়েংলগ খঙনবা তাকউ হায়রনে। অহুনদী নৌনা হৌরক্লিবা নহারোলদা লানথোকপা রাকম ওইন ক্তোবনা খুদম চাংদমগা লোইননা ইবা তাবনি। তশেংবমক মখোয়না ফংলিবা আর্টকি মাষ্টর ডিগ্রি অসীদি মপানগি আর্টকি (লৌশিং লৌমানগি) রাকব ঙাক ওইবনা খোয়রি লিনশাং তাকম পোক্লকমগি রাখল্লোন্দি মখোঙ নামা কামশিনবা ঙমজি।

অহলশিংগি মীৎতা শোয়না উরবা নহারোলদী হৌজিক কাচিন কোয়া থুংনা চথরিবা থৌরাং অমা লৈরে। হৌজিক খন্নৈনবগি শঙ লেন (ক্লব) মচা কয়া শাবা উরে। শঙদী শাজিল্লরে নৈনগদবা মচাক্তি মচেৎ অমত্তা তাদে, অহুনদী মহয় ওইগদবা পোৎপু মপানগি শীঙদা চল্লে। মচুদা মানবা চাবদী য়াদবা মনানা হৈমাং শাবগি রাকম লাক্লে। নুংমদাংদা মৈ মচা অমা থাল্লগা পাউজেল চে খরা পাই মপানগি রারী খরা শাই। মরক্তা লয়কাইগি লম্বী থোং শেম্বা মীয়ামগি ত্তেংবাবদা খোঙদাবা উবদা অহলশিংনা নুংশিহুনা অঙম্বা মতেং পিরি। নৈপাক্কি অচৌবা থৌরম লাকপদা শেল থুম খরা মরাং কায়না থাদরক্তুনা নহারোলগি অপুনবা পাঙ্গল শিজিন্নরি। মযুং কাদবা মকৈদা হাইবা থৌওংনিনা রাখলোন্দী শয়া মফৈ অমা হেঙ্গৎলক্তুনা ঙসুম লেল্লি। অহোক্তবদা হায়নীঙবদি নৈপাক অমগি মশক মওং লম্মীৎ ভুম্মীৎ অরিবা লৈঙকনো [illegible] অমদী চৎনপথাপ নৈনরবদী মহয় য়াল্লোইদবগি রা লৈতে।

(৫১)

হয়রাঙ্গ থোইনিদা চানবা হয়নীদা
সাবু থোইনা হাওবা হয়দী চিন্দম্বা হয়নীদা।

তাইবং শেমলে পুমলং লংলে, কাইনথওদা মী শেমলে লৈশেম লোনগি রাক্ষমনে। মীওইবসী অহানবদা মরোল থোকলমদে, অতুদা লেপ্তনা লৈরিবা হৈ পান্বীনা অমগা অমগা মীচানহুনা লৈবা মশাগি মশক মহাউ খণ্ডনদবগুম্বনি হায়না মীওইবা ঐথোয়স্ত হয়রাংগা চাংদম্নবনী। অদুগি তুংদা তাইবং মীরোল হেক থোরকপগা চিন্দম্বা হায়বদী চিন্না ঙাংলগা পুক্নিংগি রাফম ফোঙবা ঙমম্মিবদীগা মান্ননা হাউবা হুয় লৈত্রে হায়বা রানি।

## (৫২)

## শনাওগি মখোম শম্নানা থক্কলনি
## করাঙ চীঙ শেগায়রনি।

শনাউগি মখোম্মু শম্বীনা থকতোক্রবদী করাঙ চীঙমাই শেগাইবা ঙাক্লা কুইদ্রোই। 'মপী মপা শকপা কয়ানা শঙ্গোমসী ফনা ফজনা চফম ফানা থকই। তুংগি চারোল হিংনবা লম্বী শুফম চংফম শেমগৎলুবগি রাফম থক থল্লুবা লৈতে। মখোয় মশেল মশাগি ফীবম শেমগৎপদা হিদান্নবগুম তৌরিবসানি। রাফমসী চুম্নবদা পংকুই কুইরোই থাঙ্গ কারাঙ চীঙ শেগাইরনি হায়রম্মী। করাঙ চীঙ শেগাইবগি রাফমদী তেনশিল্লগে মকা ফোংনীংদ্রে হী অনী তোংলগা করাঙ শেগাইবনে থংও।

## (৫৩)

## হাওরৈবীগি ইংথোলদা লশিং পোলাং ফৌবনি
## হুইনা য়েন্না শোকনি হুৎ ফেৎ।

থরা থুপ্না হায়নীংবা রাফম ওইবদগি অশিংবা অহলশিংনা রাহয়

থৈরপ হায়রম্মলে লৌশিং পোলাং হায়বগি মহুত্তা লশিং পোলাং হায়-রমলে মশীদ থোইনা য়েংনিঙাই লৈত্রে। হাওরৈবগী ইংখোল হায়র-বদী য়েলহৌভৈদগি (হৌরকপদগি) লৈরকপা এখোয়গি ইংখোলদা লৌশিংগি পোলাং ফৌত্নুনা থাম্বিবনি। মহু হুইনা য়েম্মা শোক্কনবা লৈথোক লৈশিন তৌত্নুনা ঙাক শেল্লু ইচাশা হায়রম্মী। হৌজিক পোলাংগি মত্তাংদা থম্নগদব্বা মতাং অমা লাক্লে, হায়বদী নথোয়না পয়ানা শাবা পোলাং অদোমদা চংশ্রবদী মরীক চুম্বা থাহস্লোক ফংলরোই। পোন + লাং = পোলাং হায়বসে চেকশিন্না থাজিন্দুনা লাং থাকপগি মওংদা লাইরৈপাক অসিদা মফম মাপল হায়বদী লাইফম মাপল ফৌত্নুনা থম্রিবনী। অত্নুগা লমগি শা লমশা হায়বা অমা অয়োকপা শা য়ুমশা অমা মখল অনীনি। অমুক য়ুমশাগি মম্নুংদা ইমুংশা মপান শা অনী থাইগ্রে। ইমুং চঙবা য়াবা হৌদোংনি হায়ত্নুনা মাবু য়ুমলৈমা কৌবনে। হুই য়েন অসীদি মপান্দা থমগদবা শা ঙাক্লি, অত্নুনা মপানগি মীশক মপানগি লাইনীঙ চংপা কাঙবুনা শোকতনবা হুৎ ফেৎ তৌত্নুনা ঙাকপগি মওং ত্তাকলম্বা রানে।

(৩৪)

## নাকোঙদা চঙলকপা মখোলনি
## লরাইনা ক্কোরুবা থোহাংনি।

পোৎ অনি থেংনবগি মখোল শা উচেক তাইবংমীগি খোঙ্লোক অসীনা নাকোঙদা হেক ফুবদা ফংবা মখোলত্নু নাকোঙনা তাবা কৌএ। অসীদি অয়াংবমি মখোল লেপশ্রগা রাখলম্নু লেপ্পনি। রাখল পোথাবা ফংদবা হায়বদী মশানা চুম্না নাকোঙদা চংজম্নকপা মখোলগুম তৌদবা তানীংত্নুনা লরাই কায়না থন্দুনা লৈরিঙৈদা হল্লকপা খোঙ্থাঙ অত্নু কাউরোইদৌবা মী তাদবা এতনা তাবা মখোলনি। এনা মীগিদা

চৎলগা ফজদবা ওইদবা বাফম ভাউলুবা খুৎশা শাংলুবগি, ইতুংদা থীনা ভাওনহৌবা বাফমতু নাকোওনা তাবা ওমদে রাখলভনা তাবনি। মথা তাবদী ইমাওদা অমা ইতুংদা অমা হায়বা রাফমসীগা অতুম থম্লরো।

(৫৫)

## ওরাং হয়েং অনীনা ওসি হাৎকে তান্নরি।

হৌখিবা মাদা ইনোৎ কারুবা তুংগি রাফমতদা থম নৈবা থোক্লনা কান্নদে। লুম্বিবদী হিংলিদৈদা তুংনফম ওইবা ওসি হায়বা মফম অসীনি। শম্না হায়রবদা ওরাংসু ওসি কৌরম্মী হয়েংসু ওসি হায়রনি। ওসিনা ওইখিবা ওরাংনি হয়েংসু ওসিনা ওইরকনি। মসী ওসি হায় বসীগি লুরবা লাংফমনি হায়বদী হৌখিবা লাক্কদবা মতম অনীমক ওসিগি মায়োক্তা লেপলি। অতুনা ওসি হায়বসি হিংনবা চেনবা নত্রগা লোৎপা তাবনি। লোংকদরা মওংদী লাইশিংনা হায়রম্বা মশোং উনা উনা লয়যু হায়বা লীক অতুদা চৎকদবনি। ওরাংনা ঐখোয়গি থনম্বা মাঙ-হনফদে চৎলম্বা লীক লানফদে সীনি। হয়েংনা অমুক ওরাং থরা থনম্বনা ওসি হিংবা মত্রা? অতুনা হয়েং হিংনবা খোরাও ওসি নংগি নখৌনি অসীনি। অতুনা হেংনিংবা মওং হোংনা মপান্দা খুৎশম্নরবসু মশক্তি লেংহনফদে। থুদম ওইনা থাইনগি রান্নীদা দোলাই পাইরম্বী হায়রি হৌজিক প্লেন পাইরে। মওং তোঙাল্লবসু পাইবা ওম্নবা রাখল লোনগি মতীক ময়াইদা মাঙহন্ত্রিবা অসীতনি থংও।

(৫৬)

পুক্লিংনা খুল্লকপা থেৎচিল্লু
রাখলনা পুরকপা থমজিল্লু।

লংলবা পোৎ অমা তারম্বদা পোংশক য়েংদে পুক্লিংনা পাম্বদগি থুন্দুনা পুরকপদা কদাইদনো হেক য়ানশিল্লু থেংচিল্লু হায়মৈ। অদুগা অমুক পায়তুনা য়েংলগা মসীবু কান্নগদ্রা অদুগা কদাইদা হাপ্লগা কম:দৌনা পুশিগে হান্নবা মতম মফম খঙনা পুরকপা পোৎ ওইম্ববদী থমজিল্লু হায়নৈ। অদুনদী থমজিল্লু হায়রদা মাঙদনবা হায়বা ৱাহয় অমদী তুং ইন্নরবনি।

(৫৭)

## শম্বী লোইয়ু শঙ্গোম চানি/তেনবাল্লগা থাজবা ফংগনি।

মহাউ মথল শুনা য়াওবা টিঙ্গাক্লি শঙ্গোমতনি। হাউবদগি কান্নবনা শরুক হেনবনিনা অশেংবা শম্বীনা পীবা শঙ্গোম চাবা তাবনি। নত্রবদী চাগ্রগা মহাউ কাউবা ঙমদবা হৌদোঙনা শঙ্গোম উরগা লমদল্লি হায়রিবনিনা অফংবা মচুত ঙৌবা শঙ্গোম চাবা তাবনি। শম্বী মচা থুনজিল্লু মক্ক মচা থঙ্গোকউ হায়বা ৱাফমল্লু মৈরি। অদুগা থেংনগ্রিবা ৱাফমগি ৱারী তাবদা লোশিল্লিবদী থরতনি। অয়াম্বদী থাজবা পোৎ নত্তে হায়বদী লিন্না চীকপ্রবা মীতনা লিনপি মহু খঙই হায়নৈ।

(৫৮)

## কুমশি মপাল শারগা নোংমৈ মহয় য়ানগনি।

তমুবগি থরা খঙববু মপাল শাবা মঙং তানা শিজিন্নবা হন্নববু মহয় য়ানবা কৌএ। কুমশিনা মমাঙনি নোংমৈনা মতুংনি অদুনা ঐনা

হৌজিক ভুম্বনা থরদং খঙবনি । মসী মপাল শাবা হায়বত্থনি অত্থগা য়াঙদা ইপানা তাইবং লৌবুক্তা মক্ত ছুম্রিভৈদা খঙগ্রবা মপাল শাগ্রবা ইহাকথক্তা ঐনসু অমুক তম্নবা অত্থ খুনা হৈরবনি মহয় য়াল্লবনি । ইপানা খঙখ্রবনিনা ঐনা লায়না হৈববু মপোক্কি পীথোম্নকপা হায়রিবসীনে। অত্থনদী তম্নগা হেক্তা হৈগনি মহয় চাগনি হায়বা রাসী অঙাওবা রানি ।

(৫৯)

## থোরুকোক থোরুকোক চাং চপ
## মকুর্জান শন শন ।

মৈতৈ লৈপাক্কি তিনকং লাইকংকি অচুম্বা পোংচে লাইশোন য়াওদবসীনা চাং চপ মান্নখ্রে। অত্থনা কংলিবত্থ কান্নদ্রবনি মরু ইকোক কোক্লবনি। মতোং য়াওদবা মকুতনা পাক চাউনা শন্না রাই চাইরনি।

(৬০)

## মুংলবদী মুনবা ঙমলোই/মুনখ্রবদী মুংপা ঙমলোই।

নশক থীরবসু নয়াইনা নংগি য়েক্লবা ওইরি। নোংথক্তা লৈদ্রনা পাইরিবা উমাইবানা লয়মাইসিদা চাদৌগুম য়েংলি । মচি মচিদা মোংলরিভৈদা থুংশন্নবা অপুনবা থোঙজংদা মচা মগু নখোয়না মুংলসনু মতাগুম চঙশিল্লবদী হু হনখিগনি। হোরেল হয়েং ডাইরিভৈদা লাংগোই চনগ্রবদী মচেং তারনি পুনচাই চাইরনি থুজোক অমা চাইথোক্লগা থুম্না অমত্তা খোম্বনি কাউগনু । মতমত্থদদা অমুক মুংপা ঙম্বা খোঙহৌ লৈররোই ।

(৬১)

## মনম ফাও মখোল থিয়ু।

মনম ফাও হায়বসীমক নাকোঙদা চংবদা চিন্না থোক্লে। ইন্দক্কি সীদি মী অমনা থবক অমা তৌবা তারে হায়বদা থবক্কি মওংগা মীচুগি শক্তাগা য়েংবদা থবকতু ওইররোই থন্দুনা অহলনা মনম নমদেদা (ওইনমদেদা) হায়। নংগি নরাহুয়দু মীয়ামা মনম ফংগ্রহন্নিনা রাথল োইদনা মতম থবা লৈয়ু হায়বনে। হৌজিক থবক পায়খৎনবা লম্বী থিবা হৌরে। মায়কৈ কয়াদগি মাগিসী তৌথিবা তারে ঙাংমবা তারককনি। কদোমদগি লাকপা মখোলনো থিয়ু অত্তুগা থিরকপদা থবকতুগি মরা লৈনবা কাঙলন থঙবা কাওবুনা ঙাংনবা ওইরম্নবদী চত্থরো নীংঙন্নমন্নু সীঙনে।

(৬২)

## তেন তেন তেনা তেন, নংসু নত্তে তেনা তেন
## মপুদা থোরজি মখোয়রজি
## শরি লাথম থম।

মালেমগি লয়মায় মটি অমদা চহী মশিং থীঙমননা লমদুগি ঈশিং ছুংশিং চীঙ্গাক মশাদা চুহনা লৈরক্লবা মীবু মখোয়গি লাইনাঙ মখাদা থম্নবা মায়কৈ কয়াদগি লৌশিংগি তেন্না অমমম শৎতুনা কাপশিল্লকই। নংসু নত্তে তেনা তেন হায়বনা শৎলিবা তেন্নাদো পাল্লোইদোবা তেন্নে থংও হায়বনে। মৈ ঈশিং ছুংশিং অহুমগি মপুনা থোয়দৌ তানা শেম্নবা তেন্না কাল্লবতদা শরীগি লীক থংগনিয়ে হায়বসী মালেমগি অমত্তা ওইব লাকমনে।

(৬৩)

## শেম্বা য়াবা মওংনি শম্বা য়াদবা মশক্কি।

অপেৎপা লৈখোম্না শেমনীংবা মওং শেম্বগুম মশক শেম্বা তম্নাইবা থাকম নত্তে। মীৎনা উবা মপানগি মওং উদবা শুংগি মশক খেন্নবা তাকপা য়ানি। হোংদোক্কপা য়াবা মশক্কি মতাংদা মরিল খাবা হায়বসী নৈনবা য়াই। য়াহন্থোক্তি মনুংগি অহোবা মরিলদুদা অতোপ্পা চঙদনবা থাজিন্দুনা থম্বা হায়বতনে। হুইবু হৌদোং মান্নবা মওং শেম্লবসু ঙ্যাও হায়না থক খোংলোই অত্তনা খোংলগা খঙই হায়বনি। নোংশা শারম্বা লমচুইনা খোংলুবদগি হাৎখিবনি। তেক্লবা নুং চেৎনা শম্বা য়াবা হৌনদে মমমদী ঙসি ফাওবা নুংবু মহী চেলহনবা ঙমদ্রি।

(৬৪)

## মতম্না কনাবু ঙাইবিদে হন্না ফাওবা য়েংলমদে কনাবু মানা থোঙইদে ঙাইবতনি মানা কিবা।

মতম্মু থিংবা থাম্বা ঙম্বা হৌনদে খঙনা খঙনা করিগি য়াকমসী থেৎলিবনো? মতমগি মথুৎতা চীঙজাও কয়া নিংথায়খিবনি তুরেল কয়া ফুনখিবনি, অচৌবা কয়া লৌশিনগ্রগা অপীকপা কয়া পুরকপনি। মানা কনাবু ঙাইদে হন্না য়েংদে অত্তুগা কনাবু থোঙইদে। অত্তুবু "ঙাইবতনি মানা কিবা" হায়বসী মচাক চেনবা য়াহয়নি। থবক শুদনা য়াবদী ঙাইবতনি অত্তুবু য়াদন নুঙাইবা হায়বা অমা লৈবনিনা মুঙাইবা পাম্লিবদী মানা ঙাইয়ু পাম্লবদু মতমনা শোয়দনা পুরক্কনি হায়বসী নহারোলদা থঙহন্নিংবনি। য়াখল নৌরিবা কয়ানা পুরকলে কময়া খঙগনি অমুকসু হংলি। য়াকনসীদা মুংশিবা পোকই হায়বদী মতমদু নাম্থোকহন্নিঙদবগি

থোঙ্খোক্নি। মশক উদবা মতমনি অদুঙ্গু তাইবংদা থোঁদোক ৱাথোক থুদীংসে মাগি মঙালনি অমুক্ক মমলুরগা ঙাল্লকনি। মঙালদু মপুনা পীবনি অদুনা ঙাইবত কল্লু মশীঙ থিনু মতম্না মনা শোয়দনা পুরক্কনি।

(৬৫)

ঙা মকোক য়ামনা চাও নোক্লা মহাউ ফংবনি
ইংথোলদা কয়থেল কাহল্লু নৈদনা লেনবা য়াবনি।

ঙা হায়বসী অহাউবা ইনসাংনি হায়বসী মীতৈ ইনাংকি মঙ্গং চনবা ৱাফমনি। অদুগা থক্কি ৱাহয় পবেংসী খব্না লুনা থোকপা ৱানি। ঙগি মহাওদী মকোক্লা নৈবনি অদুনা অচৌবা ঙা মকোক নৈদুনা চাবা ত বি অদুগা য়াম্না চাওদু হায়রি। নহাগি ৱাখল্লোন্না সোমদা চথরবদা ৱাফমসী লাইর তান্নবা ৱাফমদা তাগ্রে। তংশংবদী ৱাঙ্গপাদনব থম্নম্বা শৈরেংনি। নৈনবদা ফংলে মকোক লৌথোকলোইদোবা ঙাকুপ চারবদী ৱা বা নোক্লা চাগনি। অতাওবা ঙাজাউ মকোক তোয়না নৈদুনা চারবদী শেনফম অমা হোবগি ৱাফমনা নোকপা চঙলেই। লাইতক তৌবা মথাগি ৱাফমসীদু ইকান কান্নদবা নত্তে ঐগি ইংথোলদা মনা মশীঙ ৱাঙনা থাজিপ্পবদী কয়থেল কাররোই ইংগোলদা চবা তম্না হেকপা চঙলনিয়ে।

(৬৬)

লো ইংথোল লেওদবা লল্লি
তৌহৈদে থোরবা থুংলাইনি।

মসীদু ইচম চম্বা ককপা য়াদবা ৱাফম অমনি। ঐবু য়োক্লিবা লুনা থোম্না তৌরিবা অমদা হিংনবা পোংলম লৌশিনবগি লোইবা

নাইঙ্গবা লৌবু কায়খিবদা রাখল মচেং অমা ফকখিবদী শোম্ব্রে। ছোইহৈদে হায়রম্মী অশোয়বা কোঙ্গায় থেংনরিবগি তুংদা অহলনা লেপলম্বা মখা তানা হংলুবা য়াঙ্গবা রাফমহ্নগি মরম হেক তারুবদা লায়থোকপ্রনি, মহুদি ফৌ শুবগুম হায়রগা চেঙ চোইবগুম নাম্থোকই হায়বা রাফমসীনম্থু তেংবাংলি।

(৬৭)

## অমা তেক খুনীংথেক অনীতেক খুৎউথেক।

চীঙলক্না ইংখোল ওইরগা তম্পাক্না ইযুম ওইহনা পাল্লকপা মৈতৈ লৈপাকসে চীঙশাংনা পল খারগা হা… পল ভাক্তনা লৈবনা তুমীং যুরাল পাইশিন্দনা খুরা তুশিংনা হিংলকপনি। অহুনা মতম্না লমজিংলক-পনরা খংদে পনভাকপম্থু উহৌদ্রে খুরবা চীঙন্নং শমলগা মীয়ান তম্পাক য়োরক্লে। হেক থুংলবগা যোংনা নৌনা অহানবদা খজিক্না চঙশিল্লু হায়বদগি খুনীঙ থেকটিনবদা ফমথরগনি মথংদা অমুক তেক-থরকপদা খুৎউ থেকটিনগনিয়ে মতাং অসিদদি হীপথরকলগনি।

(৬৮)

## উচেক্কি মশক য়েংউ রায়াগি মখোল তাও।

য়েংবদা মপুঙ মরা ফানা উনবা তাবদা খোম্থোক শুনা ফংনবা থনম্বা রানে। হুমীৎ খুদীঙগী মশক মশা মুন্না উরিবা য়ুমদা য়োক্লিবা উচেকপু পোম্বী অহুগা রা পাইরক্লগা য়া পাইথোকখিবা উচেকপু চেকলা কৌএ। অহুনদী উচেক্কি মশক মওং শাথেক মুন্না উগে হায়রবদা য়োক্লিবা পোম্বীহু য়েংবা তাই। মথংদা তাংথক নাইদবা খোম্থোক

তাগে হায়রবদী মনীং মথা তম্না পাইরিবা চেক্লাগি মখোলতবু তাবা তাই । অহুনা লৈমিয়রিবা মতোপকি মশক মুন্না উব্রে মরাদী শেংনা খণ্ডগ্রি ! মরমসী লৈবনা মপানগি কাণ্ডবুগি মরাহয় মখোঙ্জেল তারগা অশেংবা মপুঙ্কি রাফম খণ্ডগনিয়ে ।

## (৬৯)

## সে সে সেপোংক্তি লাইশম মচা ফুপোংনি
## নংগা ঐগা কাওনবা কনানা ঙমগে য়েংনসা ।

পংলি লিবা রাফমদী মান্দে অদুবু কাউফদবা রাফম অমনি । সে সে লাইগা শম্নবা লাইগি মচা মশুনি হায়রিবা নখোয়গি ফুরুপকি ফুপোংনি অদুবু ঙসি নংগা ঐগা কনানা ঙমগে য়েংনসী অমুক্তং কাওনবা তারি । থাজবা য়াংবা মমি অমম্ভ পুক্লিংদা তারি অদুনদী মাঙগি চাংয়েংদা শক্তিদাসনা ইশিংদা রামনাম লাথ অমা শোনবদা মৈ হোত্রবদা কেক্রুনা সনামহী মিংথৈরোন শোনবদা মৈ হৌথি হায়বসী শাংলবা রাফমনি ।

## (৭০)

## শগোল পাউবু কিশিরা কয়থেল পাউবু ঙকশিরা ।

মীয়ামগা নিংথৌগা লাম্বানি কাউদনবা খোম্থোক্লি । নিংথৌ অমনা মাগি মতিকময়াইসা কয়া য়াম্না লৈবগে খঙনীংদুনা মরম ইলৈ লেতনা মীয়াম্বু কোম্নুংদা কাবক্রবা শগোল পাউ চেল্লি । চংলিবা থাসী লাই নীঙ থানি পঙহই হায়নৈ কয়থেল পাউনি । কয়থেল পাউদী লাইগি পাউনি কনাদগি তাই খুমঙমদবনি । নিংথৌগি য়াথং কংনা সনা

কোম্মুংদা মীয়াম তিল্লে কয়থেল পাউরু রাগ্নীনরে তায় তায় হাইনল্লে। হৌজিক নিংথৌদা হঙ্গৎলে তাবদা ভল্লে, লাইগি হয়কং লৈকং লাওহ্নুনা থাবুম অম্মা কুপ্পে তৌরে। মীয়াম মপুক থল্লে নিংথৌ মমল তিংলে। মীনা থাম্বকপা ওমদবা নিংথৌ লাইনা থায়কথ্রে।

## (৭১)

## ন্নুঙ তাউগনি লশিং লুপকনি।

মসী তেম্মা ফজত্রবা মচাক চেনবা ফুঙ্গা ইশৈনি। অহ্নুগা থন্নরুক্ত্রবদী মুঙ ওাক্তা ওায়রগনি লশিং থিবা ফংলোই হায়বসীদা করিসু থোক্নুনা কান্নবা লৈতে। তশেংবদী মসী মতম তাকপা থারোলনী হায়বদী ন্নুঙনা ইচাই হেক চাইরক্লবদা ন্নুং অসী ফুং ফুং তাউখৎলকপা মতম লাক্লে অতুগা লশিং থিব ফংত্রবা মতমদো মীতৈ ঐখোয়গি লৌশিং লৌমান মাংত্রগনি লুপত্রগনি হায়বা থানে।

## (৭ )

## থাথী সনা পরেংবু অহোবা উনিংদা হাপ্পরা।

অহোবা উনিংদা হাপ্পরা হায়বা থাফমসীনা তাক্লিবদী করিসু পুক্লিং চঙদে থুমদবা থাদবগি থুম্বা থাফমনি খঙলে। পোৎ অম্মা পুরকপদা কদাইদনো লংথিল্লু হায়বগা থমজিল্লু হায়বগা কনানা লুম্বগে। অকোনবগি থমজিল্লু হায়বসীনা মাঙদনবা হায়বা মখা তাবা থাফম অম্মা লৈরি অহুনদী অকোনবগি থাফম্মা থর হল্লা থোকলে। অহলশিংনা নৈমমথৈ নৈনরগা মশাদা লংনা মমি তারবা সনাগুম্বা থিবসু থানা থোল্লবা থাফম অসী হায়বদা অচৌ অশাংগি মনাকোঙদা হাপলোই অসীনে, ওা হাপ্পবা

উনিং অহোবদবু সনা পরেং হাপ্পা হৌনদবনিনা মচি অমদা কোক লংশিনবগি মঙনি তাকপা রাকম অমনে।

(৭৩)

## য়েক্লবগা মরূপ শান্নৌ/অশোয়বদা ওজা ওইয়ু।

রাকমসী লৈভাকলোনগি মরু ওইবা পোৎচও অমনি লৈপাক নিংথৌ ওমদাই রানে হায়বদী লৈপাক মীয়ামগা নিংথৌগা তৎন থানদনবা রানে হায়বনে। য়াম্না মতৌক লৈবদী য়েক্লবগা মরূপ শান্নবগি রাসীনে। কায়দ্রীমখৈ মরূপনে কায়নরবদী য়েক্লবে। অদুনা কায়নদনবা য়েক্লবগা মরূপ শান্নৌ হায়বনে। অদুগা থমোইগা থমোইগা মুংশিনবনা অমনা হায়বা অমনা হেক্তা য়াই। অদুদগি কায়নদুনা য়েক্লবা ওনখিবাল লোই-ননা য়েক্লবগা মরূপ ওইরবনিনা খুত্তা লিন্দা থওদোক্লবা মুং ফাওনা মুংশিনদ্রবসু হোঞ্জিনবদা য়াদ্রবা অনী অসি শাংনা কয়নররোই। অদুগা ইশাদা তেনবানথবা অশোয়বহুব কাউদ্রবদী পংশোক্ত শোইরোইদ্রা খল্লি। অদুনদী শোয়দনবা অশোয়বা ওজাবু কাউবা য়াদ্রে।

(৭৪)

## মেলৈ লৈসন্না সুংজুম্পাল কদাম্বদী লৈতুংশি।

লয়মাইদগি থাক রাংবা মফমু মেন কৌঐ। লাইগি মশক ওইবা অহনগি ফম্নবা মফম্মু ফমেন কৌনরি। হন্দক্কি মেন অসীদ মীওইবনা অহিংগি মতমদা অরা থোথানবা ফমুংবু হায়বনে। অসীগুম্না মেন অসিদা লৈরাংগি পান্দমগুম তাইবং মপোক শাংখিবদগি মেলৈ অদুনা মীওইবগি মপোক্কি অথোইবা মপোক্কি হায়না সেন্না কৌঐ। লৈ অনীগি

মপাল ময়া খিবদা ইপাগি সুংদগি চুমথরকপা মচুম্মা পানদা হায়রদী তাইবঙদা কাওবনি হায়না সুংজুমপাল হাইরমলে তাইবংপানবগি মপুবু লৈনুংশি কৌএ। অহুনা কায়নখিবা মপুবু উনিংবগি খোয়াংবা অমা পোকখি। কদাম্বদী হায়বনা মপু অহুনদী তাম্নবা কাদা থাপনা লৈহৌরে, করম্বা কয়া লাপ্পা কাদনো চঙবদি ইয়া য়াদবা থোরকপগু য়াবা পলেম ইমাগি পীবুকনুংবুনে থংও।

(৭৫)

ঈপাম মৈহৌরে লনচীঙ মৈচাক্লে
ইচুনিংথো য়াওবরা থাম্বী মৈকল্লো।

ঈগি মপান হৌরককম থোয়রি লিনশাং তাফম্বু ইপাম কৌএ। ঈপাম লমদম মৈহৌরে ইপা ইপুনা চীঙমুক রাংনা পৈদুনা থমলম্বা ইপোৎ ইরলপুয়া চাকশিল্লক্লে। মতমসিদা মৈ কনবা উমগদবা অশেংবা মীশক থিরকলি। ঐগি ঈচু শেংলবদী মনীং তাবা মতোঙ্গ লোম্বা ফাওবা হায়বদী শিত্রিফাওবা অহনবা লৈতনা মৈ কনবগি মথৌদাং চথগনি খঙবদগি ইমাগি মচা অশেংবা য়াওরবদী হায়নবা নাইদনা মশা মরোমদোমদা থোরকনবা কৌথোকপনি।

(৭৬)

মমাঙ লয়কায় থম্বাল শাংলে থোইমু ইল্লে থোইরাবা
শাবি লাও লাও চংসি লাও কল্লকপা য়াম্মি
কঞ্জাউবা য়াম্মি মাঙদা থারো লাও।

মমাঙ হায়বসী ঐগি মায়োক্পা লৈরিবা মকমচু মাঙ হায়নৈ অচুগা মুনীং থোরকপা নোংপোকপুস্থু মাঙ হায়। হন্দকি মমাঙ হায়বসীদি

ছোৎপ্রবা মতম থাহনবুনি। মতমশ্বদগি হৌনা ওনি ফাওবা লয়কোক লৈকাই হয়নবি মরোলদী খওদে। ইমুং অমদা লৈন্নিবা মীয়ামগি মকোকপু লয়কোক অতুগা অহল ওইরতুনা ইমুংগি অমা পোৎলুম পুজবা লৈত্ত লাইয় থম্রবা লৈপাক্কি লৈকাই খুনগি রাকমদা মশা কাইথোক্লবা মগাক অত্তবু লয়কাই কৌবনে। মাংলমচংঙ্কি লয়কাই অহুমা পাল্লবা য়াংত্ত পাদবা য়ুম্বান কয়বান ফজবা লীচং শাজং মরিংজেল মথৌমা মালৈমদা থম্বালগুম শাংলম্বতু মতম শাংনা উরুদ্রবসু মৌহৌনা অমুক শাংকাইরক্লে। মতাংসী রাইদা চীওজাও লান্না খোইমু পাইরক্লনা লৈহি চুপ্রবা অমসুং লৈহি মহাউ কাউওদতুনা খোই কয়া চোইনা পাইগ্রকাও থরদী খোইরা য়ান্দুনা লৈহৌগদৌরি। শাবি হায়বদী চাউরে শবী ফারে নংবু কল্লকপা কপ্তাওবা কাওবুনা কোয়শিল্লকলে। ইমাওদা চংলু নতুংদা ঐ ইনগে হায়রবা লিংলবা রাফম অমা অরোইরদা য়াওরি। ইতুংদা লেপকদৌরিবসাবু কনানো হায়বা থওদনা লৈথোকপসী চাউরবা মরালনি। অকনবা কদাইবু কৌবগে হায়বদা শিবা কিজবা চেল্লরোইদবা মীশকপু হায়বনি। ঐগিদমক মথরাই থাবা ওম্রবনি থওহনা শোল্লবা ইমাগি নাক্তা কপতুনা চেনশিনবদী হৌনশানি। মচাগি হাকন্দা শিবা ওস্বা মমা, মমাগি খোল্লাং লম্মন থরাইনা শিংবা ওস্বা মচানি থংও।

## (১১)

## ফীজেং ফিগাই ওমদাইনবীগা তাংজময়েক নাইবীগা চৌল্লোক্লৌ

মমা মপাল্লা চাক থাক্লিবা মফি থোল্লিবা অতাংবু ফীজেং ফীগাই ওমদাইনবী কৌএ। মথোয়দী ইমুংগি অরাং অপা করিসু থওদ্রবা তুংগি হিংনবা লম্বীসু হম্মা য়েংদ্রব হুইনাও মচাগুম কোইচেল চেল্লিবা কাও-বুনি। চংলুববনা লম্বী তাক্লনি হায়রিবনিনা ঐখোয়না লাক্লিবা পুন্সী লমদিংদা থেংনরকপা কয়া ম...দা তাকপা যনবু তাংজ ময়েক নাইবী

কৌত্র। তাংবা হায়বনা মথোক্সগি মতেং লৌগদবনি মখোয়গুনা তাংক্ল-গদবনি অসিনি। ময়েক নাইবা হায়বনা কনাদগি কল্লি মতেং লৌগদগে হংবদা তাকদবা মচি ওইবা রাকম থরা লৈবত্রবুনি। মশাগি ১া থগুন্ধবা মীনা তাংলকপা রাকম্ব ময়েক য়াওদবা হায়নৈ। কনাগা চিল্লোক্লরগা মমুৎ তান্না থগুগদগে হায়বসী নৈনফম থোকই। মুমীৎ থা উবা হানবা অহলশিংদী ইরেপাকি অচুম্বা মণ্ড কায়খিবগি মরম মতম উংহৌথওহৌবনি মচুনা মথোক্সগি নাক্তা চংলগা মাংশোক ফমেন ফমচুনা রাতানবগি তাংকক নাম্বোকখিদোরে।

## (৭৮)

## তিংথং অমনা য়ুরবদা তিংথং অমনা হনগনি।

লায়না কজবা রাকমনি। ভুম্নবা তিংথং অমনা হেক য়ুবদা জ্বিং লাওই। অদুবু তিংথংতু লৌথোক্তিমথৈ ফরোইদবনিনা মচিন হেন্না তুম্বা পোংশক অমনা অমুক থিনবদা নৌহৌনা চৈনাখোল ফংবা তারি। মতৌ অদুম্না থৌরবা মপান লাইনীগুনা থমোইদা য়ুখিবসী লৌথোক্লবা হোৎনবদা থিবদা মানা থোক্লবা কুপ্পবা মীতৈ ঐগি রাখল্লোম্না হন্দনদী শংগুমলোই।

## (৭৯)

## পাঙ চাগুনা শিখিবা মাইরেল চাদুনা হল্লকউ।

হুম্বুবীগি তোংথোয়োলসীদু ফজদে হায়বা ওমদে। অদুগিদু মথক্লা ফনতু লিরবা রাকম ওইনা তৌই। শিক্সিফাওবা চাবা তোঙ্কপদী য়াদ-বনীনা অহলশিংনা পান থাবসি থক লেপ্তে। অময়োমদা পানসীদি

চাক ইনসাং পুনবনি, মথুংগি পান্দুম চাক মপানগি মক্কা ইনশাং হায়-রম্মী। পান থাম্বিঙেদা য়োংয়াম লাক্কুনা কুৎলগা থাউ হয়েং হেক্কা হৌগনি হায়বত্থু লৌরুবদগি অহিং অফুৎপা পান চাথেক্লগা য়োংনা লম্বান য়ুংশিল্লমলে। নোংঙাল্লগা মকাতু হেক্কুনা চারুবদগি লেঙহুনা হমুবা ম থুখি। য়োংয়াম হাৎকে হায়না হমুবা শিশিম্ময়ে হমুবীনা থক্কি মরোলসি ভেংথাখি। নৈনসী কান্নবা মাথল লৌশিং কংগনি। করম্বা পানহনা চাক্কবতু লম্বান (লমগি পান) অহুনদী মপানগি লাইনীঙ লৌরুদনা মীতৈ ঐখোয়সু মাথং চৎলে ইমিং শামলে। অহুনদী মাথল পাঙল হুক্তিমবা হমুবীগি ভেংথায়োলদা য়াওরিবা মাইরেন চাহনা হল্লকউ হায়বসে নৈন-দবা য়াদ্রে। মপাম্বোংগি ওইনসু চহী অনী অহুম মাইথেনসী লীহুমা থমনৈ অহুনা শিংলবা অহলনা হীদাক্তি মচল ওইবা থাকম কয়ামুক অকোকপদা লোৎতুনা থমই। মাইরেনদা খুদোম্বীনা থিনবদা পুমই হায়মসু লৈবনা অহলনা নহাদা পংতাক ভাক্তে। মখোয় কেল্লগদী তাক্কনি হায়রমইবনীনা মখোয় কংশিল্লকপগা ইরৈপাক কম্নিংবা নহাসা অহল মনাক কন্না থিল্লে। মাইলেং হায়বদগি থয়রকপা মাইরেম্নি। মমৈ তারকপা খোমদোন মৈম্নৌবিনা মপীদা কোন্দুনা খাঙবদগি কাঙদোং ফারহুনা মাইরোং য়াবা লানমীগি লেং চল্লবা মতমদা অমুক হল্লকউ হায়মনে।

## (৮০)

## চৎন চৎন ঙাঙনবা কন্না কমনা শোন্নবা।

মীওইবা ঐখোয়সে তাইবং শিনশঙদা তম্বা লাকপনে শিম্নগা তম্না হুনবসু হেনকদবনে। তম্লগা হৈতনা হনখিবতুগি লম্বী রা ওইনা ঙাঙনবা অমা মপুগি চাংয়েং ইনবা ঙম্নবা হৈরবগি মা চনীঙ তানা শোন্নবা অনীগি থাকমনে। শোন্নবগি থাকম হাম্না হায়গে কনাঙমা নপাগি

ছিংনবত থাক্লগা অয়েম্বত্থু মীয়ামগি থবক্তা শীজিন্নৈ। খুদম ওইনবা পীক্লবা অঙাংগি মহৈশঙ অহলগিদমক লাইনীংশঙ কৎলম্লগা শিখ্রে। মাগি য়াফম পাক্লা য়ায়ীনরি অতুগা মানা কৎলম্বা শঙহ্ খুমজা থুদিংগি মীয়াম্না শেমলি মতমসাদা নোনা নীংশিংবসে শোম্নবনি।

কাম্লদনা শাংগ্রবা ঙাঙনবগি মতাং অমুক হায়জগে। ইনাক খুনবা অমগি য়ায়ীনে মাগি ইমুংদা মী মম্বিত লৈ। অয়ুক চায়গা য়ুমিদাং ছেন ফিম্নন খুম্লবনা মথৌ ওই অহুনবনা উপুদা লীবনা কায়স্থ ক.য়খোক্রে। মৱেপ্ত ঙাইরে মঙাল য়াওদ্রে অহুবু কায়গ্রবদী অনীরক ফংবগা মাম্ল-বনীমা মমল মথুবদী পাথোক্লা লৈরে। মখোয় মম্বিত লৈনবা য়ুম্থু মীগী তালুক চিংশিন্দুনা কা তবাগি য়ুম শাংনা শারি। লৌশিনবা হৈরবা পীখোকপা তমজিবা ইনাকখুনবা ওসি শিরে। মতুঙ্থ কয়া মকুইররোই অনী থাইগ্লবদী অনীত ঙাযরে। য়ুমশি কনানা লৈবিনী কনানা শেম্বিনি হায়না লম্বীনা খরা ঙাঙনরগা তোকখ্রে য়ুমস্থ তেকখ্রে। মীপ্পা ঙাঙনরগা লৌশিং লাকই হায়বত্থু অসীনি।

(৮১)

**ঐ উরগা মা কাউই মা উরগা ঐ কাউই।**
**কনানা শারিবনো ? ঐনা - — ফজরেহাই।**
**কনানা শমলিবনো ? ঐনা .... - শমই হায়রু খঙদ্রেনে।**
**কনানা থুগাইরিবনো ? ঐনা -- - কল্লে হাই।**

ঐ হায়বসী ময়াই কাবে মাবু শেম্লকপা অমা লৈ কাউরে। ঐগি মম্লাই হেক চম্বদা মা উগনি মহুদা ঐ হায়বসী কাউরম্নিয়ে। মরী লৈনবা য়ারী মচা অমা লৈরে।

পাক্লবা য়ারুকাক অমগা চাউরবা লয়তুম অমগা মরূপ শাম্নৈ। খুংশিং হেক লাকপদা লয়তুমনা ননবদা জুক্রাক লেঙদ্রে নোং হেক

তাবদা লুক্রাকনা কুপ্পদা লয়তুম চোৎত্রে। মখোয় অনীসি ঐ লৈরিবদবু হায়বা ময়াই কাগ্রে। নোংমদি নোং মুংশিং লাক্লে পাইগ্রে তুমগ্রে ঐ কাউরে।

## (৮২)

## চাকচা অক্তুম য়াহৌপ অক্তুম মশক খংউ পুন্সীবনে লাইনাও লীক কায়দবনে।

মীওইবনা মশা শীনজেন লাইচেন্দনা পুন্সী মুংশাংনা মীগি খদাও মখা থাদনা হিংজনীংই। থক্কি রাকমসী ইশাদা লায়না পক্তনবা পাঙ্গন কন্নবা অমদী মতম শাংনা খুয় তুশিংনা হিংনবা রাকমগি অমত্তা ভায়রনা হীদাকনি। পুন্সী লমদিং চৎপদা রাকমসীগা হেক কায়নবদা লম্মুকনদনীঙাই লৈতে। অত্তুনা রাকমসী মুংদা হক্কুনা থম্বা য়াবনি খংও। তাইবত্তদা হেক ফাওবগা মপুগি চয়োম ইমাগি খোম্লাংনা হিংলে। থাবুম খরগি তুংদা শমু পাঙ্গল হাপ্পবা পলেমনা অউনচাক থোংত্তুনা চউত্থিরে। ইমাগা চাকওইনবনা শৈশক ওইনা কাংদোং ফাবা ফাওবা লেল্লকলে। মথংদা য়ুমলেপ চার তম্মবদা ঐগি তালোইনা ইমা শক্তা অমুক থোং থাক্কুনা ঐবু পীজরে। মমানা মচাবু মুংশিবা মুপীনা মপু-রোইষবু ইকাই মুংশি য়ান্নবা তাংকক অনী হৌগ্রে। অহল ওইশিল্লকলে ঐগি ঈফমদা মৌখৎলকপা ইমৌমা থোং থাক্লগা য়োকপসী ওঙাই ফদবনি। মত্তাংসি লেন্নবা মকোক অতুম পানবনা তাকলম্বা "চাবদা চীলহাও থিফদে হাওতে কৌবদা হায়ফদে" হায়বসী মমল নাইদ্রবা লাইরানি।

অমুম হেন্না লুশিল্লকপা রাকম অমসু লাক্লে মহুদী চামিন্নববুদী হীপমিন্নবনা লুই হায়বা রা লৈ। হীপমিন্নবগি রাইস্তোক্তি লাপ্পদবা হায়বত্তনি। অহানবদা ইমাগা হীপমিন্নত্তুনা চাউরকপনি মথংদা য়ুমলৈমা

তালোইগা য়াওয়রে। মতাং অনীসে অরাইবা তাংককনে হায়বগী মশক মশা উবা খংবনীনা কায়দনবা চংশা ওমই। কাইনথগি মশক উদবা মপুগা য়াহিপমিয়বগি য়াকমসি অরেমা যাখলদ য়াহং পাউ হংলগস্ত খওগনিয়ে।

(৮৩)

ফৌ শংবাই অচোনবা ঈশিং পুল অথলবা
ওারী পরেং অচুম্বা যারক তয়াল অও ওবা।

য়ারেংসিগি শময়ুদী "বারক তয়াল অওাওবা" হায়বসিনে। মসীদা চেম্নরিবা মচাক্তি অল্লাং তাপা লৈতবা মৈতে লৈপাক্কি অতুগা কাইনথংদা ওাংনয়কপদা মালেমগি মীয়ামা তাদবা য়ারোই ওসীতনি।

ফৌ শংবাই অচোনবা:— য়েংবদসু ফজৈ যাংতে হায়নসু উংলি।

ঈশিং পুল অথনবা:— হেক উবদা পুক্সিং ইংই ঈশিং মরাং কায় খংহল্লি।

ওারী পরেং অচুম্বা:— কাউদনবা তিনকং লাইকংত্তা শিজিয়রি অতুগা ঈশিং বাত্তবনা ওাগি ওা ওাক্লনি ফারগা অদা থাদা চামবা লীতুনা থম্বা ওম্বা য়ুম পরেং লেংনা মৈশ্র হায়রি।

অতুনদী করি য়াংলি য়াংত্রে খোংঙ্গং খুংকংনা পানবা য়ারে হায়না লাইরৈপাক মিংঙ্গীনরে। শেংপা চাবগি য়াকমত নত্তমা পাক চাওবা অরিবা যাকম পুখোরুরকপদসু পাথোক্লা মচাক লৈবনিনা ওাংনয়কপা য়ায়মগি মরক্তা ওাংশও ওাওনা তয়ালগুম উগানি হায়বনে।

(৮৪)

অতনবগি মতেংনা য়াদনা পানবমি
হুরানবনা শেল্লবগি মপু ওইবা ওম্বনি।

মোংম নোংমগি মী য়ামখৎলকপা মরম্না লম পাক্লা কোকথোক-লকই শেংন চানবা পোৎ লৈনবা য়ুম কয়া অমা অয়েক্পি হীরাক হিংনবা পোৎচঙ কোন্নরক্রে। অতুনদী অরাপ্পবা লৈবা উন্নদবা য়াদবা ইশা ইচা মরি মতাগি নাক্তা চৎপা মরু ওইনা চঙদবা য়াদবা ওক্নবা পোৎ লৈশিনবা হিংনবা পোৎ ওক্নবা লওবা হেনফাদবা থবকসীদা কয়া রানা থোক্লরমো। কা হেন্না তনবা য়াথলদী মপুং ফাবা মীশক অমগি মকোক্তুগি চৎথোক চৎশিন পুথোক পুশিন কোম্না থোক্লবা লায়না মহৈয় মরোং পুখোক্লবা গাড়া খুংজু খুৎলাই কয়া পুথোবলম্বনা ওসি হৈদনা পানবনি।

খরা কা হেন্না কাম্নবা পীরিবন হুরানবনি। মীগি ইমুংদা মপান্দা থমলিবা পোৎতু লৌনবা হুরানবনা কুপ্না শেন্নরি। মীহুসু মপোৎ মাঙদংবা চেকশিনজরে। হুরানবনু কাউদনা লৈরিবমথৈ পোৎতুগি মপু ওংজরে অহুগা হুরানবা হায়বা অমা লৈ কাউব হুমিৎতগি মপু ওইদ্রে।

(৮৫)

## উচি চি চি, চিচা খারোং মন্নান থোন্নাবা শেংতাং লাকই ফ্রৎ।

মতাং অসিদি নানা তাবগি রাফম নত্রে মীৎনা উবগি মওংদা লৈরে। ঐখোয়গি লৈপাকসী অহৈং অশা কুপ্না থায়বা অনা অয়েক শেনবা বাখল য়াংবা মীশক কয়াসু পোকখবা অমসুং ইশা হুরল-দোমদা হিংজরকপা লৈপাকনি। অদুনদী শেংন চানবা পোৎ লম-পানা থোকলম্মী মম্না লৈপাক কনবদা মথুরাই পামুদবা মীশক মরাং কায়না লৈরম্মী অহুগা ভুংগি থৌথোক তাকলম্বা ইরৈপাক রম্নবা লম্বীসু য়াৎলম্বা মাইচৌ কয়া লৈরম্মী হায়বা খঙলে। অতুম্ব ওনিদি কুমগি ইম্লাউদা লুপ্তুনা লৈজরম্বা ইপোৎ ইচৈ তুম্না মাঙথিদংম মতংগি

খোৱাংনা কাং খোং চাইরে লৈপাকসী মওং ভাম্নে। মফি ওইবা চীঞ্জাক লৈরক্লে সনা কয়থেলদ ইরৈপাক্কি ভা চাক মশক উৎক্লে। চহী চাম্ম পুন্সীরম্বনা হুমকুতরাদা খোয়রেন ওইরে অতুগা য়েংউ য়েংউবদা অরাং পগি অরাংপা অচিবগি অচিবা ভাক্লা ভায়রে। মৈমুংদা চোংশিন্দুনা সিবা ওমদবগি মথাদা লোংলকপা লাঈনাও ইরাংদা খোশাহুনা লেপ্লি। অতুবু মতমগি চাকথুংনিনা কনাদস্থু রাকৎনীঙাই লৈত্তে। পংরা রাগম্নু খঙহৌদনা শেমগৎলক্কনি, অহল মথীনা চফু মেনবগি রা লৈ। মীৎ না শিংনা মখোয়গা ঐখোয়গা শেৎন থাইনগদবা মতাং ভাইদ্দি। মতাংদু হেক লাকপদা লৌশিং পাঙ্গল ফ্রং ফুদোরকনি।

## (৮৬)

## কয়নৌ রায়েল থৌরবা কাক্তিনী।

খোম্লোক চুমথেক্লেবদী রাহন্থোক থক ফংলরোই। কায়নৌ রায়েন হায়রগত মচং তাবা রাফম লাক্কনি। মসী থুঙ্গগি অহলশিংনা শিজিন্নরম্না ফজগ্রবা রায়েলনি। থুলহুগি মমুংদা লৈবা শকখঙ মাই-খঙবা ভাক্নুনা খৎনরকপদ্দা মখোয় মখোয়গী রাথল শাজং অহলনা মুল্লা খঙবনিনা লায়না কাত্তিনা ককপগু চপ চাবা রায়েন পুথোকপা ওম্বনি। খৎনরগা রাকৎলিবসী অয়াম্বদী অওম্বা শক্তে তানবনি হায়বস্থু অহলনা খঙই। অনীমক্কি রাথল শাজং খঙলে পাম্বিবস্থু খঙলে অতুনদী রায়েল-বদা খুৎলোয়না থোক্লে।

নহা অমা লাক্কুনা ইপু মখা লৈকাইগি চাউবনা নোংজুথাদা কৌ শংথাই মঙা মেরা চঙলকপদা শিংগনি হায়না পুগ্রগা চহী অহুম গুর-কাওবা পীদ্রে হায়না রাকৎলৈ। অহল অনী অহুম কৌরুরে চাউবস্থু মী থাহুনা পুরকলে। রাকৎ রাপা অনীগি রা তারগা শেনবুদা য়েংহুনা অহন্না হাম্নথি চাউবসী কয়া হৈ শিংবা মীনো মাগি ফংগদবা লম্বী

অয়ঙাংঙ্গ হেক শোয়রবদা অমা অমদগি লাকুনা পীবা ওমগদবা মী নত্তে পৌগংপিনবনু লৈত্তে খঙনা পীরুবসী অমানবনি । শেনবুনা ঈপু ঐম্ম খঙ্গদবা মত্তে অঙ্গবু চুংশানবদগি পীরুরে খুদখি । চাউদবা অমুক ওনশিন্দুনা শংম্ম খী।গ মপোং পুক্করগা থবা কাওবা পীখংতবা কপিগানৌ হায়না অহলনা কল্লপ ঙাঙখি । অঙ্গমা নখোয় অনী থম্বা থম্বা কায়নৌ হায়মগা চাউবগিদা চংতুনা ইমুংদগি কংবা পোংশক অমা লৈকাইদা খুদক্কা য়োম্লোকনা শেনবুদা পীখি । কৌ লাইতং অমগি মমল [illegible] কাওবা ৬ম্বা শক্রুবন শা শেনবু পেনখি চাউবনু হয়েংদগি থোবা লাক্লগনৌ থনবদা অমা পোথাখি ।

(৮৭)

## লা কল্লবা নমানা লোকপনি ।

অচং চংতগি তুংনকম লয়মাইবু লা কৌএ। অঙ্গগা মীওইবগি মকম লোমদা পুশিল্লগদী ঐখোয়গি থব্রায় হিংনকম ইমা লৈপাকপু হায়বনে। অতুনদী মৈতৈ লৈপাক্কী মওংবু থৈন য়াংকোক মওংনি হায়না শৈথ.রিবা ইমা লৈপাক অসিবু কল্লবগিদমক নমানা নহাকপু লাদগি লোকপনি হায়রি। লা কমিনো থব্রায়গি মশক ওইবা ফৌ ফৌনথা পোংশক অঙ্গম্ব লা কৌএ। তাইবং ফাওম্নকপা জুমীং শিংবুম তক্কনি চনবদা অমাইবীমা নহাকপু য়াংকোক্তা হাপ্লগা নচা লৌগেমা য়াংকোক লৌগেমা হংবদা নমানা ইচা লৈত্রবদী ইমৈবাক কনানা কনবিনি থন্দুনা ইচা লৌজগে হায়না নহাকপু লোকহৌবনি ।

(৮৮)

## অশাবনা অশাবা লোকই দংঙনা নংবু লাকনৈ ।

কা য়েল্লা শাবা শরুক্কা থরতং শাবা মৈচাকতু চিংথি হায়বগুনি। থোং মংথক্তে মী থোমজিন্নু হায়বগুনি। হৌজিক নংনা হাথিবদীসু নুংঙাইনা হেক, হাইনবনি হায়রদী নংনা তৌরুব থরক্তি মহুবনি। অদুনা মখাংনা নশায়ু চৈথাক পীত্রবদা মীনা হায়রুপা য়ানা থোকই। হকচাংগি ঈ শিথিল্লি হায়বদগি ঈ।গং কৌ'নে। অদুনা মুংগি ঈ পানগি ঈশিং (ঈ+ঈশিং) অনিসে মশানে। ঈরু ঈশিংনা ল কৈ হায়বদগি ঈশিংদা তাথগা ইরাক্তরে হায়বনী মরু'সীননে।

(৮৯)

নোম নোম শেগায়রো চ'নবা লৈত্তে তাংথংথাগু।

নোম্মু গুরুনগি থোইনা কান্নফম লৈতবা ইশাত নিংথাযহুনা তোক পা মতম অমা লাকনি। অদুনা কান্নরবা মচি ওইবা হাফম অম তাথগা চুপ্পী হায়না মগুক হাইরগা চানীঙ ই কৈহৌদবনিনা শেল কংলেগ লোইরে কান্নপোৎ নত্তে হায়দুনা থাউনা থেংকুম থেত্তোক্তুনা চেং নিয়ে

(৯০)

মুম য়োরক্লা থোং য়োরক্লা
মুমসু য়োরে থোংসু য়োরে।

পামহৈবা নিংথৌগি মতমদা মৈতৈ লৈপাক্তা শান্তিদাস লাক্লুনা মীতৈশিংবু নমহুনা য়ামান্দি লাইনীঙ চংহনখি। মুখিংতুদগি ঐখোয়গি লাইফম কয়া মমিং ওনখ্রে। ঐখোয়মী মিতৈনি হায়জবতনি হশাগি ওইবা মরেক লোন লাইনীঙ লোইনা মাঙশ্রবনিনা ইয়ুম

থাজোকহনা লানচেনবগি কীবমনা লৈরি। অহলনা থমম্না হাকয়নীনা ঐখোয়না ইয়ুমদা হুজিনগদবা মতম্ম তাকলি। অহনা মুমম্ম য়ৌরে খোংদ্ধ য়ৌরে হায়বগীনা মীয়ানশীংনা লৈপাকসীগী হাংমা হেক লান-থীবগী ইয়ুম তেবা মাসে হায়বা হানী। হায়নবা অমম্ব লৈ মতুংগী "নীংথী তুরেল হাংমদা গোবীন্দ লাকনী" হায়বগী মীটৈ ঐখোয়গী মতম্ম অমুক য়ৌরক্লহনা মীয়াম্মা ঐখোয়না নীঙজদবা লাইনীঙ অচুম্বা থীন-মকপগী চাউরবা ঈচেল অমা লাকপদা গোবীন্দগী হাকমগী ঈচেল অতুগী হাংমদা লৈগ্রগনী অসীতনে। তুরেল লানবা তারবগী থোং অমগী লৈরে খঙলে অহনা থোংদু লানথ্রে হেক খঙবগা থোংথোঙফাও চঙশীন্দুনা নয়ুম নয়ুমদা হোংজীনবা য়াম্বনী তাকলী।

(৯১)

হন্নুবা মৈরা পায়বনু থৈদ্রনা চংলি মহানা
মাহ্রনা হুমহ্রনা থিরুরি মৈরা মুংথে্র ফুং।

হাথো'ক লাম্থোক অরা মুঙাই পুরীবা মঙমগা শাংনা য়াওমমক-লবা লৌশীং মৈরা পাযবা অহলবু নহানা থৈহ্নুনা চংলীয়ে। য়েক্লবনা লাঙ্গোই চক্লকলবা থুপফম থঙদ্রবা ঙাংককতা মাহুনা থীক্লসাই হন্নুবা লৈত্রে মৈরা মুংথ্রে।

(৯২)

কম্মবদা হি গনিয়ে
হিংলবদা শেমগনিয়ে।

অহীংবা পারীহ্ন থুনা চাউনবা মহম্ম মরোং চুম্মবা ঈশীং চাইগনী হায় হাপকনী। অহুগা শীরবা পাম্বী লেপকংদা মখোঙ শোম্বগী মথৌ

লৈরম্ব্য। অদুগা শারবা খুৎশা ইওলবা উনবগি মৌরবা পাম্বীম্ব কন-খিগোম্বকা য়েরেরা খুঙাইবা লেমনীংবা লোক্‌লে। লৌনা থদবা য়াদবা খুৎঙ্গাং বাখলোন অমা অমুক লৈরে মতুদী মক ওইনা মীওইনা ছিংনবা খুঙকলগী কচিলো ৭ৎ পাম্বীনা লৈপাকনা গৌকঙম লাম্বাম্বদা ছিংনবা মীওইবগি-পোক্কম কনবা ছলয়া য়াদে। লম্বীৎ তুম্বীৎনা লৈপাক কনগনি-রাম্বী বাগোঙনা মী লোয়গনিম্বে থংও।

(৯৩)

ঈশিংদা থুরুম তোংউ
উখাদা য়েম্পাক তুপউ।

লু অমদা খোঙ খুয়া কম্বা লুহুপ অমম্বুং থুরুম থাগম্বু হায়বনে। উখাদা চংপদা (কোকশেং) অমা কোক্তা উপ্লবদী থঙ্গগি তানক-পা উতেক বাতেক্তগি অশোক অপন খমা মথৌদা কন্নে। ঈশিং মম্বুংদা খোঙ শেংপা য়াবা কন্নি করি লৈ উগ্রবনীনা থুয়া কম্বা থুরুম তোংবা তাবনি

(৯৪)

বারী লা শিঙবুন পুন রাখাতাবা কোইজোম্বা
মকোই ফর ফোরদংলু।

চীঙনা কোয়না পনশাবা হাওনা কোয়মা পনঙাকপা হায়বসিনা মপাম্বীনা ঙাক শেন্দুনা লৈরকপা মৈতৈ লৈপাকনি হায়বা তাকনি। য়েংলু য়েংলুবদা অম্বাৎপা লৈতবা খোঙ্গং খুৎখংনা পানবা য়াবা লৈবাক্কি হায়বদগি নৌনা সনা লৈপাক মিংগৌখি মমিং কজরে মথা শোয়মে মতম্বা মীয়াম থাজিল্লক্কনা লাইনীঙ লম্বী থুনাম্ব তাম্রে লৈশেম্বতৈগি লাইকম মমিং মুৎত্রে।

খুওদনা অথও হৈতনা অহৈ শাবনা য়ায়েনচে পায়বদাগি লৈপাক ময়া তাইরে য়োংবদা মৈত্রে লৈপাক মাগ্রে। মীগি য়ুমজাউদা য়ারেকচনীংদে ছায়না অহিংদা ময়ুম থাংপোক তান্না চেনবদী হৌনশানিন্না মীগি য়ুমদা তাংহনা অস্থুম্ন শিরগত্রা শোন্নরকলে। মসী উবদগি থক্তি য়াকমসি ইপা ইপুনা থমম্বনি। মাওপ্রবা য়াকমগি থোঙ্গুললিয়ু তোথায় তাঙ্গু থুংশন্নৌ মখা ভানা ভাওনবদা মরু লৈতবা মকোই মরাং চোম্বা য়াকম কোই-দৎলু খওদনা অথও হৈতনা অহৈ শাবা য়ারক্লরোই।

(৯৫)

য়াখল লাং লরাই তাঙ/লৌশিং লাং কুরু শুং।

থল্লিবা য়াখল অমকদা উংহনা লৈম্বিবহু লাংদা থুবগি মওংনে। মাম হেক থওবা মথৈ থল্লগা লোইশিন্দকম পরম তাবা ওম্মত্রবা মতাংদা লরাই তাও হাম্রবনানা থনবা তোকলে। থমকি লম্মীদা খোঙদাবা ওনম্রহুনা মাম্র ঐনা মশিংলে থন্দুনা মমুনদা কুরু শুংহনা লৈরে। অনীমকসী খোথরবনি হায়বদী মী অদা য়াখল লৌশিংগি মচাক শুদ্দা লৈবা হৌনদে। কায়মথওদা য়ারক্রবদা তাথওবদা হংলুনদা লহাজ মথৌ কৈদোই হায়রক্লবদী মাংখিবা মতমহু নীংশিংবদ মুঙাইওবা য়াকম অমসু নৌহৌনা লাকপা য়াই।

(৯৬)

লৈপাক পুরিবা নিংথোনে
ফাগে ফুগে ফোয়গে মনিওনি
লৈপাক ওাক্লবা মায়ামনে
পাগে পুগে পেংগে মথোনি।

নিংথৌবা মীয়ামগা অনীদি মপক তাকপা য়ারে। লৈপাক অহুমা লৈরিবা মীপুম্বা য়াদি মপুং ফনা থম্বা শম্রৌ অমা মীয়ামগা কাপাদ য়াম্বা খুদনি পীরগা কোয়হনা লৌগদ্দি হায়বসী লৈপাক পুম্বিবা নিংথৌগি মনীভনি।

অহুগা লৈপাক ভাঙ্গিবা মীয়ামবিনা যেকদগা ম:মোক য়াহনা লাম্বা পাগে লৈপাক্কি অহাবা পুগে অহুগা ফত্তবা মীশকস্থ পেংগে হায়বসীনা মথোয়গি মথৌনি।

(৯৭)

চাউরবা আলু শাংলবা য়োংচাক পুম্লে
হাকথী থনবিনা উনিংদা নোকলি।

অচৌবগা অশাংবগা পুল্লগদী লোইরে তৌগে হায়বত্ত তৌবা য়ারে হায়রৈ। অহুম্ব ওসি অমুক শৈশক মত্তেকসীনাদ অচৌবদী চাউফংনি ভুংগি য়াকম থভনবনে মচা য়াওদনা থক য়ারোই লোংথুম থাওদবা লাফোল তাহনা তোকনি হায়রি। কায়বা মচাক অসিদি য়াওবনিনা ফাগি মাল্লবা য়াকমসী খুং লেওক্লনা হাপচরুরে ভাকপিগনি। চাউরবা আলু শাংলবা য়োংচাক পুনবদা মথোয় অনিগি মতিক থাগৎনম্মি অমহুং মথোয়নী পুলবদী লোইরেস্থ হায়নরি। অস্থুমা মথোয়না ভুজাইমা নোক খেৎরিভেদা হাকথী থনবা ভারিনা উনিং মহুংদা ঐ য়াওদনা মফং তায়োইদা তৌ তৌ হায়না নোকলি। চুমগদৌবোই থক্কে মনাই থাউমুবগা য়াভানৌ হায়বা অমস্থ চাউনা লৈরি।

(৯৮)

লমজওবা থোংনাং থাবা
ফুয়াজা হোংখোঙ কুন্দবা

শৈশবক অসীদ. হুইবা মীৎয়েংদা কম্রিম্ভু খঙদবা নঙওম্বনা হায়রবওম্বা অমা য়াওরি। অহুনর্দী হৌজিক লমজওদা থোংনাং থাবা ফুন্নাদা হৌদোঙ কুনবদা করি কাম্রে নৈনসী।

লমজওদা থোংনাং থাবা ঃ—

ঐগি ইথুসং ইবৈকাই হাইজিনযম্বু লমজও কৌএ। মসিদা উজাঙ্ক থাম্বরবদী ঐগি লম য়েংবে হায়রবা অজিং অথেংবদম্ভু থওবা ওম্নী। উদগি চাউবা থোংমাংনি মনা পুংবা হৈনৌনি হায়রিবমীনা কুইনা পুক্নিবা থোংনাংবু পল্লবনে। অমরোম্নদা উজাউদগি লৌনিংঙাই মথেং তবনিংঙাই মতৌ য়াম্না লৈত্রে। মশা মমেং পাক্না কনবনিমা মথোঙদা মীয়াম পে থাক্কম অমম্ভুং মীয়ামগি অপুনবা থৌরম পঙবা যারে। অহিংদ মায়কৈ তরাদগি পাইরকপ' চেক্লোবু কোনবিবা মওংসিমক তবজ়া নিঙাইনি। মরম অসি লৈবনা উ অহল লাইনি হায়রবনে।

ফুন্নাদা হৌদোং কুন্দবা ঃ—

নিংথম চাউবা হৌদোংনিনা ফুন্না মৈ মুংহন্নগম্ভু ভাকপমে। করিগি হৌদোঙবু লুনা তৌরিবা অহুগা মাবু য়ুমলৈমা হায়বা মিংথোলসী পিরিবা য়েংসী। মান ইমুং মঙ্গুংগি অচা অথক ভা চাক অথুম জাহাউ মকম চানা চেকশিন্না থমহল্লি। মসী মাবু কিবদগিনি অহুনদা ইমুং পুরিবা মুপীবু হারক বাত্তেন্মী হায়বদ'গ য়ুমলৈমা কৌবনে। লোইননা মীগি য়েক্লবা উচি অমা চেক থোক লাওরোই। উচিনা মাংহনবমীগী উচি কল্লকুনা মমুম মৈ থাই হায়বা হাকম কৈন্নি। মসিদনি অহলশিংনা হৌদোঙ হাংপগি লম্মজী সন্নানা শামুমকোক মুক চাউনা শাবগা কৎপ। কোকপা ভমদে হায়রম্মী।

(৯৯)

থংপা ওক্কে পাইবা তম্রলো।

স্বভীক মপা চাবন্বা পোংলুম অমা কোক থাঙ্খংলি পোপ থাদে মঙ্কাও উদবা পোং অমা তাপ পায় পোক পোকথায় মীয়া ত্রাই। লুপথং খঙদনা হৈতনা হৈ হায়জিল্লিবসী অখংপনি। নথো মশক খঙ-দবা থংলি থংলিবা থরাইজাও নথোয়সে অতাওবগি মথুং চল্লবনি। নথোয়না থোঙলোনহুনা থবক অমত্তা নয়ুং কাদনা মফেদা হাইহনা লৈরে থংলহু।

লাইগি লীকত্তা চংতুনা নশা লিংনা থম্লগা ননাং যোকথংমবা হোংনৌ। নৈপাক কন্নবা থৌরে থৌদা পাইবমথৈ হৈনবা কাঙলোন থিজিন হুমজিনবদা নমায় ওনশিল্লো। পাইবা ঙম্নবা পেবেং মচাদা হৌদোঙ লম্বোইবা করি ঙমখি।

(১০০)

চৌঙদা চরাং পাইরে তমদা মিকপ থোক্লে
থৌপাল তুরেল ইয়াইদা ঙানুনা বাক বাক্ক থোংলক্লে।

হৈমতে তফাক্লো মশক মচু থঙদবা লাইনীঙ পুশিল্লকপদগি চহী চা কয়া মীতৈ ঐখোযসে অনম অহা চুহুনা লেল্লক্লে। ঐখোয়না মংলানদগি নাম্বোক্তুনা মিকুপ থোকপত ঙায়ম্নবা শরক অসিদা চৌঙদদী নৌশৌমা অমুক মশাগি মনাং হুন্দোক্লগা উরিনা নক্নবা উক্লাউদা য়েংপগুম লাইনীঙ হাবা লাকপা কাঙবুদগি লাইমিং জৌনবা চরাং মশা পাইবা মথৈ চেন্নরে মথোয় মশেল থাখল মান্নদ্রে। তম কায়ব্লগা চৌঙত চৌঙ কায়রগা তমত শাগল নামতনা লৈবাক ওইরোই হায়বগি মওংগুম ইয় ইদা বাক্ক বাক থোংনি। ঙাক্লুনা ইশিংদা চপ য়ুংনা লুপথৈ লৈখাদগি লৈহাও চিক্লগা ফুং ঙাওথংলকই। ইন্না লৈপাক কল্লুবগি মথৌ পাল্লবা কাংলুপনা ঙাম্নুগি মতৌ লৌহুনা হুমদুনা তুম থিবগুম থিল্লি।

(১০১)

## অথৌবপা শাগোল্লৌ অঙম্বগা থাগোল্লৌ ।

ঙ্গা পানগি ওইবা শাগোম্মৈ থাগোম্মৌ হায়বা ৱাহৈ অনীগি অৱাঙ অয়াং নৈনবা ৱাত্তেক অমনি । মাগী ইথা থানদনা মাতবু মীং কুপ্পুনা য়েংবা মাগি অথোবদগি নাম্থোকনবা ‘হাংনবসা শাগোম্মবনি । মসী তৌগে হায়বত ওমলিবা নিংথৌদা চংকদনা কাঙলোয়ম্মি । নিংথৌ মানবু চাম্লবদী নংগ অৱাংপা লৈমরোই নত্তীক নয়াইদু লৈরপি অহুনা নিংথোনা কল্লিবসি নংঙ । মাগী থানদনা লোইনব য়াথং থরত্তগি ৱানে । মসীদি ৱাখল লৈত্তাদনা ঙাইহাক অমদী মপানগি ওইবা ৱানে ।

অঙগগি মরমদা নৈনত্রবসু ৱাহৈ খোম্থোক্ক অঙম কোঙলে । অথৌবা মাবুসু ওম্মবনি থুদম ওইনা থৌরবা থাঙত্থু মথুমদা চেন্নবা হাপ্পটিল্লগা য়ালু শোকনিংঙাই লৈরিস্রা ? শিংথৌতনা মী খোম্মনি মাইচৌদী মী শেম্মবনি । অহুনা লৈপাক অমা মী কাঙলুপ অমা শিংনা খিংহনগে পুম্মুং মুংহনগে হায়বসী মাইচৌগি থুত্তা লৈএ । মতম অঙ্গনা মতম চুপ্পদা মাবু কাউদনা থাগোম্নগদবনি ।

(১০২)

## মোনচাউদা শোয়লোগে নাপচৌক্কা ঙাফোগে
## কোগ্গাকচাউ ঙাৱা ৱানহনগে অয়োংনা ঙাখা পীগে ।

তিমথা য়ানপাম ঈশিংগি ইশা থিমরকপা হম্থনা চেনগদবা ঈশিংনা হুন্‌ংনা চেনথংলকপা মতম অমা লাক্কনি । মতম অসীদি ইচাশা অমি হৈথোং চাম্লনা পানবা মতম্মনি হায়মা অম্থলনা কুন্থদা শোয় থবেং থবেং ক্লোম্লগা তাকলগী । মৈদা ৱাহৈ কিশি অমিগা অমুক তাবদা ঙক্কা খোকপি । অহুবু মীৎনা ঊমরে পাংতা লৌগদব শোয়বু ইঁথায়

তু'ম্বলদা মোনচীঙদা পনথিংলে (দাম শাক্নে) থংনবা খুল নাপচীক ঙাক্ম শাক্নে কৌপ্পাকচাউ ঙা, পুম্মলে ঙা ওক্পা ফংজম্মা অরোংদা। ঙা ফাগে মখোয়গি শক্সক খ'ইরে। অম্বনদী তংখাই অমা কঙ্ক চীক্লগা অশিবাগি তংখাই হু:দাকপ্রগা ত'থাইত চাবা অশি হৈ:বাহ চাবগি খাঙন মরি খাঙি।

(১০৩)

নুংশাও থোরক্কলো উরুম নৈমা চঙখরো
কবো নৈতে ফিনৈক্তে কোম্না লাবা তিং তিং।

নীনি হুনমনি চুপ্পা নোং চুহুনা হুশীৎ মশক উরক্রবদা ঙমাঙদা চোংলগা রাকনসী লাউহুনা অঙাং ওইরিঙৈদা ঐখোয়মক শাক্লরকই। হৌজিক মালেমগি মীয়াম্মা অনৌ অনৌবা রাখলগি মঙাল ফংহুনা খীঙ খীঙ লাউরবা তাঙ্গাসিদা ঐখোয় মীতৈদী উরুম হন্নাইমতোনগুম হিংলি। হুপা ইপু হাকথক্তগি অরাৎ অপা থংনরকপা কবো নৈপাক অহু নৈতবগুমলে হায়না ফিনৈতে হায়বসীনা ঙংলি। করিগি কন্না খঙদে কীজঙ থাদহুনা উত্রে লোইরে। কোম্না লাক্কদবা মীরোল অমগি মতমদদা তিং তিং।

(১০৪)

হিংনবা মচাক ঈশিংদা
হিংলগা নৈক্কম কংকালদা।

খালেম্মদা নৈরিবা শা ঙা উ বা অচৎ চৎত পুম্বসী পোকপা শিবা শাইবা ঙাক্লি। মালংদা হুমলিবসীনা হুমলেব অহুগা হিংনবা মচাক হুংদা শীল্লিবসীনা লুংশিৎ কৌএ। অহিংবগি নৈকম অাসি কংফাল অমসুং ঈশিং অনী অসীনে। অহিংবগি মহুংদা রাকনসী খঙবদা

তাইবং মীওনে। মুংশিংবনা য়োম্বা মৈবুন অমা ঈশিংদা লৈবনে যাবু থুরায় কৌএ পৌরবা লোন্দা হায়রবগা মুংশীংতা কি কৌবা লায়রা কংল্লু। মরমসী লৈবগি ঈশিংদা লাই লৈ হায়রবনে। শিরবা পোৎশক অমদা মৈবুনসী হেক থাজিনবদা ওাইহাক মমিল লৈগলীয়ে। মসিদগি অমাইবীনা লাই লৌথৎপদা ইশিংগা অশিবা পোৎশক্তুগা থেংনরবা অং অহিংবা তিংলিবনি।

হিংলগা লৈফম কংকান্দা হায়রবসী করি মরম লৈরগে হুংঘা য়াবা থাকমনি মসী মীওইবগি লৈফম তাকপগি মওংনি হায়রবদী মপুগি লৈকোন শওগদবদী মাওইবতনীনা মীওইবদী কংফালদা লৈতবা য়াদে হায়বনে।

(১০৫)

ওান্নুংবনা ওাশক থওই
উরুংবনা উশক থওই।

য়াফমদী তেন্নে কান্নবদী শাংগ্রে। ওাশক থওই উশক থওই হায়রুবদী ও ফাবা য়েকপগি উ য়ানবা ওবগি থবক মথৌশিংম্ব থুংলোয়রে হায়বদী থুংনা মাবওদা থওদে হায়বনে ওসিগি মীওইদা শিনফম অমত্তা মমুং তানা থওদে থুংলোয়না হৈতে কংফালদা হায়রাইবা তমওাক ওইনা ত্তোই, থাওগি লৈতেংওং তয়গা লাল চৎপা য়াবা হৌনদে হায়রবফাও থওগ্রমাল্লে। অশম্বদী শুক্তা নাইবা মীশক লৈশিল্লক্রে হায়বসী নীংশিংনবা থনম্বা রানে।

(১০৬

মুঙাওবনা মুম শঙলনি ফাঙো মাইখান্দা রাই চাইবনি।

অদুগী খুংঙাইনা লিংনা পাক্লপা ইন্নুং অমনা ময়াই চায়থরকপা অকমদি য়োক্লংবে। পাঙ্গল তেকপমথৈ কুরগা কংলকপা হিংমবা পোংলম অমা অমদী খাথন ভারুকপদগি নাক য়েং য়েংলগ অহলশিংনা পোংথম চাঙা চানা থেনগ্লশিবা খুংশিনদু মাঙদনবা কায়দনবা শঙহগি থবক ভরাইনা লক্তে। মখুম লৈরবদী চঙকম লৈয়োই হায়ব ফাওবা খঙদ্রবা মশাগি বাখল য়ুরবা অঙাওবা কাঙবুনা য়ুম শঙগদোংবিরসী হৌদে ঙনা ঙা চাবা য়েংঙ হায়বগি বাফমলোমদা লাকনি। লোইননা অঙোবদা হৌকম লোইকম নাইদবা ময়েক মশোন ম্বাওবা বাকমঙাক অমুবা তাবা পাউজেলনা ৱাই চেইরনিয়ে।

(১০৭)

মোইথোকপী মোইথোকপী তাই তাই
য়েন্দাই পোতাই তাই তাই
ফান্দা ফমবী মোইজাওবী
তরেং লৈমা তখপ চোং
শুৎ পেৎ তং।

মসী ঐথোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা তোয়না ফাংনশানরা। বন্নে। মোইথোকপসি য়াম্না ইকাইনৈ। অহুনা ময়াম তিনবদা অমনা হেক থোকপদা কনাননো খিবদা শক্লরম্মী।

[ৱাইন্দোক]—মোই থোকপগি মতাঙুম খংলাক থংক্রিন্দা হেক হায়দোরকপা ৱাফমদুদী অমনবা য়েন্দাইদ পোং হাম্নদা তাবঙুম লৌখংপা য়াদবা ৱাফম ওইরবা ফাওবদা ৱাফম অহুদা ইতা তাগনি হায়রবনি। কনানা থোকপনো ফান্দা ফমী মোইজাওবী হায়বসীমা অমুক তাক্লিবদী অচৌবা কমথোন ৱাংমা ফমলিবা মীশক্লা থোকপনি অসীনি। অহুনা অঙবগি ৱাফমদা তাবদী চৌনশানী। 'অহুক' মানা মীয়াম্বু তরেং

লৈবক্তুম খুদোম্সীদা লৈহুনা পুম্নকপনি । মীশক থক্তনা লুং লুং নমছুম্না পেংনা পেংনা হংহুনা খিন্নকপদা, তং হায়বদী নংনা নত্ত্রা হায়না কিং নমখ্নিয়ে খংও ।

(১০৮)

মোই পোং খোক শামু মরী পং তং
লৈপুঙ কয়খেল রা কায় ।

মোই খোকল্লিবসী মহাক্কি হায়বা মীয়াম্মা মুন্না থঙলবদা নোংখ্রা তৌগে মতাপ্তুম পোং হেক খোকপদা হায়বদী কনাগি রাকম য়াওদনা মরম অমস্তা পীদনা রাকম অমা হেক হায়দোকপদা, শামু মরী হায়বদী লৈপাক ঙাকপগি থৌদাং পুম্নিনবিবা মাগি মীখিং মথৈ পং তংশ্রগনি । মতাং অসীরাইদা লৈপুঙ কয়খেল হায়বদী মীয়াম্মা লৈপাক রাকম নৈনবিবা মকমক্ত রা কায়গনিয়ে ।

(১০৯)

লুপাক মথুম তমং থুংশ্বা মরোলখোক
চন্দোল নাত্তোল থীবেং পেং ।

রাখোঙ থক্রা লৈশ্রে পোলোইগি রাকক্ত কাঙখোকচবনি । লংজীন ফংলবদা তমংনা য়েংশিনবগুম লুপাক মথুম হাংবদা পুম্না লংজীন ফংহুনা অরিবা মচাক মথুং মথুংনা পায়খ্রনি । নাত্তোদা চন্দোল রাউম্বি রাউম্বি তয়রক্লবদী মতমক্তু য়ৌরে খংও ।

(১১০)

উচি লুমলি অউন চাকথিরি
শজোম থুমপেৎ চৌন্নম তংলি ।

লাইনা থাবা মচীঙাক উচি মামা লুমলি হৌদোংমা । শজোম উবদা লমদনবসু হৌদোংগি হৌজশানি ? কয়থেলগি থাং তুরাং চৎনা চংনা অতুম য়েংউ, লৌমী শিনথম লেপকনুসী শিনমী রাখল-চোইগনুসী ।

(১১১)

পোঙশঙ রামৌ পাম্বাদা উতোং চন্থম মমহৌরো ।

উতোংচাক হায়বসী লাইনা থাবা চৌন্নমনি চাকথাউগি অউন চাকনে । উতোংদা থোংই হায়বগি উতোংচাক কৌবা মস্তেয়ে চাকথাউমু উতোং কৌবনে লায়না লুবা অহল বানে । হক্সি উতোং অসীবু মেয়বা চকম চাংগি লুকপু উতোং মেকক কৌবনে । উতোংচাক মস্তেক অমত্তং পুক্তা হেক থাদখিবদা চহী কুমজা অতুমদী চাকথাউদু ইহল হন্না লৈগনিয়ে । মমমসী লৈবমা নিংথৌশিংনা চৌজথাক চাওয়াদা উতোংচাক চাবা চৎনরমই । পোঙশঙ কায়েপা শরেবী রানা শিনগনি । থম্ব মৈনবা য়্যাথনা ওয়াংত ইনিঙথৌ পামহৈবনা ফুবালাদা উতোংচাক চাখিবা অখিবা বাফমনা নিংথৌ কাংবা হাকথক্তা চাক চন্থম পাম্নবগি রাম্ব লৈরি ।

(১১২)

অবাংবদা তোংগন্থ অতোঙবদা লেপপু ।

অরাংবদা তোংবদী তাদনবত লাইমীঙ ওইরা মরম্নি। অরাংবন্থ ইমথ-হাইথবকপদা থক্লগি তাদনীঙাইগী কামি থৈ র অদুগা লমমায়রম্ন কিয়েপ তানা লেপ্লিবদুদী থোংজেল থাদোকপগি রা অদু থনুদে। তাকম তুকম লৈত্রবা অত্তোঁওবা হায়বদু মসীনি। অমাংবা ওয়বা যংলিবা শক্লকত্তো অরেপপনি। অদুগা মচাক মতাল হায়বসীদা ঙাওব্রিবা মতালসীখু কনানা ওন্নুনি। লেওত্রবা মতাল লৈবা ঙাকমতদা পোপ তাগনি হায়বা বানে।

(১১৩)

চীওদা কাত্থনা শিন্দাংবা
ত্তমদা কুমত্থনা লাঞ্জেমবা
অওনবা চাংজো উরনীয়ে।

ফনা পাকপা মীতৈ লৈপাক্লী খুঞ্জিনমুক্লা মওায়রবী শুকম চংকম লৈত্রত্থনা তম্পাক্লা চীওনা কারগা মোংমগি চন্না তাল্লমি। উখোঙ য়াহিপ তম পান ফুমলো চা বানা ময়ুম লেপ্পনি। অওনবা মত্তন্না লৈত্থনা ময়ুম চীঙশাং থাদোক্লনা ঙাওরস্থ তম্পাক্লা লাঞ্জেল্লনি। মতমত্থ য়োরবদী হাক্লা কুইররোই লমযুংকম মশি উরনিয়ে।

(১১৪)

নৌরিউৈদা ময়শা লাং
কুইর কুইর মইঁজিল কং।

ইমাইপেন্না ৱাহৱনা য়াংলিবা মহুরনা চুমলিবা। থাওলেনকমদা তারিকা পলোম প্রায়াবু ঔবদা মদাউগি মরোমগি হুইগি ময়শাবু কররু থানি থোইজেনা হকচাং পোংলাং মরদা তুমজে মত্তন্না থরা থরা

যোনখোক্তুনা [illegible] ময়চাক অকাউনরে। কীচেং কীপুায় যাওঙবে চাদবনা ঙাংঙেংনবে। অহুবু ঙসিদী মীয়ামলক্তা মচান যৌপুবারু থুঙেং পায়হুনা পুশিল্লি। মরৈপাক কনবদা মথরাই পোম্বা পীথিবা মঝাগি লম্বন লয়পাক্কা অমুক শিংলে। মশেক্কা য়েবা ময়শানে মঙালনা ফুবা ময়নিলনে থঙলে।

(১১৫)

## উবগা তাবগা থুবাক মফৈ খাপ্পদরা।

থুংশা মঙাগি মরাক্তু থুবাক মফৈনি। থুংশা মঙা চুপ্লবদী মহাউ শুনা ফংলে থরাম তারে। অরায়বা লোম্দা হায়মগা তাবিবা পাউহুগি রাহুয় রাতা পরমগা পাউমীগি মীওঙগা নাস্তে হোস্রবা অমদী মমীক চুম্বা রাহন ফংলবদবু মীংনা উগা পাংখকনি লোবসী থোইনা লাপ্নে।

(১১৬)

## অচওবনা ভংখায় কঁকৃ
## অশিবগি ভংখায় কোক্

মকোক চিংবা রাহয় "অচওবগি" রাফম" তুকা থিনবা ইগা ইপুগি থুপচা রানে। পনঙাকপা হাওবনা য়াম্ভারিতৈ প্লামগি মীতোপ চঙলকখ খিদো। ইয়ান নিংথৌনা মচাঙ্গাক হুনখি শরেনু ফাখি। মখোয়দো মথরাই শুব্রবা থচওবদা চল্লে। য়েলহৌঙেবগি খুন্দারকপা কাঙবুদা [illegible] লাইশোন্দ্রে মশাগি মমেক্কা শকথউনস্ত্রে, কোম্রা চঙলকপনা শিরে [illegible] অচওবা কাঙবুনা চাকথুং চয়োম কক কক চীকুনা ভংখায় চাম্বগা [illegible]পাকচা অশিবগি শরুক ভংখায় তাম্রবা কোক থাদরে। মপুক খাস্তে নাস্ত্রে ঙাংঙেংনবে হুমিদাংরাইদা নাত্রং ফুগু ফাওস্ত্রে রা লোইরে।

(১১৭)

অংসু ঐনি ঐসু নংনি
লোয়নবা মাগি মরানে ।

অংনা তৌবহু ঐ উই ঐনা খনবসু নং খঙউ হায়বসী ইশাগি ইমিনা হায়বা ৱানে । অহুবু কদায় । ঙসিদী অথেঙবা অহিংদা মীগি কে'ম্বে,ঙজে শংলি । মখোলদী যোক্তনা কনাসু উদে হায়না মথাসু তাখি । পঙথেৎদা নংসু মীনিকো নংনা শংপহু নংদী খঙইদনা নশাফাও মশক খঙদ্রবরা ।

(১১৮)

সনা কয়থেল তাকলনি
চাংকথা কয়থেল মংলনি ।

শাপাউ লানপাউ ফনবা মঙম অমা লাকপগি ৱানে । মঙমদো মযোলদা কারিবা সনা কয়থেল তোয়না কায়রনিয়ে । লয়কাই খুল খুদীঙগি চরা তগা কয়থেল মচানা থম্লনি হায়বা ৱাতনে । চাকচা ফুংশিবা য়াহিপ ফুঙাইবা হায়বহু মতমতুনে থংঙ ।

(১১৯)

মীৎ নহানা হাউনিঙ্গা শোল্লি
য়া মত্তোলনা থুগনিঙ্গা হায়রি ।

খঙদনা অঙঙ হৈতনা অহৈ শাগহু তাকপা ৱানে । পাঙ্গল হল্লৈ কৈসু চানীঙ থকনীঙদ্রে অহু চাগেরা মহু থক্কেরা অঙাং ৱা ৱাই চাইগে ।

থংহায় পাউখুম মীৎতা নমলো কপি থোকলে। লৈনা য়াত্তোদগি মহাউ লৌবগা লৈনৌদা পীবদা খারে থুমলে খওবনি। অদুবু য়াত্তোন তংমীওত্রে হায়বা বাতু লৈনৌ তাপি লাকখিনি। "মীৎ হরাউ য় হকাউ" লমহাওদা তংবা হৈশেনে।

(১২০)

মীথুৎ চনখ্রে নংগি ওইত্রে
পোংশক খওত্রে পুম্মাও মাওলে।

লৌউ পান্থা য়ৌরক্লে লৌবুক থোইগদবা হয়েংত ভায়রে। মখন নামা হত্রে শল মাওত্রে তেংথারি। মানা শীজিন্নরি নংগি শলচু শনশীও বাৎতে চাথোক তাদে। শা কৈনা চাখিবগি শক্ক শয়াও ফংলবদী মাওলে মথৌ ককলে।

(১২১)

নোমজেন চেঙবা অহানবনি
অমা মাদী লম্বতারবর্'ন।

মহৌশা মথোক কারিউ অহৈরমা পুক:চল চেল্লিউদা হায়মরম্বা অমগা অহানবগা অনীগি চায়ন বানে। হয়েং লৈরি ওসি তোক্লে হংচীৎ লৈরি হয়েং চৎত্রে অহানবগি হৈনবীনি ওসি ফংবা লেল হয়েং মশক উত্রে ওসিগি বাসু হয়েং য়োবা বারে। লাইকম চামনীপাল কোয়বদা খোঙ্গল থংত্রে লমশি শিত্রে। অমগি বাকম মথা তাগে। খোইরী লিবশাং তাকমদো ময়ুমনি অহেম্বা মশক্কা মাগি শাইনীওনি। থবা ফংলকপা লেলচু কাংখুলদা থাবগুম হৈনবা থবক থৌরমদা থাদহুনা মচা

পোক্লে। শেক্লেপ ময়াং কংদ্রে পুল্লী খোয়রেল কংহুনা পোক্লকমদা মোংকম ওইক্লে। অছুম্বলক য়েংউ ছারবা লাইরাম্থ মনাদা হাপথিক্লে।

(১২২)

## য়ামদা য়ামনা খিত্তা লোমু
## থজোক থজোক য়ামনা কংজো

ইয়াং য়াংমা উবা থাঙ্গৎপদা রাবা রাকম অমনি। মীয়াম্না থঙন ওানরবসীবু করিগি লাদা ভারিবনো হংবা য়াই। মসী অসা অথক শেল থুম পুবগি রাকমদী নত্রে নিবগি লমদাংদা চৎথগদবা রাকমনীনা খোঙচৎ থবক্কি কাওলম চিন্না লৈপ্রে। মুংগি রাথলগা লোয়নরগা মধুমদা পুক্লিং লয়তানা লৈরিভৈদা চাং কক্লনা থজ.ক নিক্লবদা মানা পীরক্লবগি থা লৈতে। রাকমসী মতম মানস্থ য়ারবনি। অবুম্না চাংগা লোয়ননা মী অমস্থ মথুং চল্লানি। মশীও কক্লা চাউংগা নিক্লবদা অনী অছুমলক চংতবা য়ারোই। থুদোং চায়মদবা খোক্লগদা মীশক অমা অমুক খিবা ও'রি।

(১২৩)

## পুক্লীঙগি য়াহিপকম কমুংনি
## রাথলগি য়াত্তাকম কানুংনি।

কিন্নি খিত্তং কোয়হক্রবদী রাহুন কংবা থীল্লনিয়ে। পী পাগি য়াহীপ তানকম কমুংনি অমসুং পাগ্রা লুপ্রাগি য়াত্তাকমহুনা কাহুংনে। অম্লগা খিগদবা মুংগি ঈচেলমা য়াহীপ অমদী য়াত্তা তানীগি মথৌ

মতম খঙসোকপনি । মপাত য়েংলগা কম চোংশিনবা ফুক ঝৌগৎপা য়াহীপকম ফমুংনে । শোয়নীডাইনা খল্লবা য়াওলবা য়াহীপকি খোঙ-জেলনে । অহ্না অনা কল্লক মিহৌ'গি ছোকমনে । অহুনা অশোয়ববু হ'ন্না খল্লুরবা থবক চত্থবগি ৱাদী লৈত্রে । শম্না হায়রবদা অনীনা শেমগৎপা তাইবঙ অনীনা থুগায়বনি খংও । অহল য়াওদনা য়ুম লিংবা য়াদবগুম চাউশেন শেন্নদবসু য়াত্রি । মাওগি থোৗদ'ক তুংগি ৱা কমদা ৱাখল লয়তারবা মাগি য়াতাকম ফাম্নুংনে । অপাম্বা কল্লকপা খঙীক লাকশিনবা ওম্বা ৱাখল মাগা য়াওন্নগনি হান্নবসী ফাম্নুংগি তোমখিন ৱানে ।

(১২৪)

নমাবু ঙৌতুনা চাগে ৱাশকপা
নোংমদী শোয়রোই মতমনা ৱাতেম্বা ।

ইম্বা কম্বী ঙৌহুনা চাগে হায়বা নহাগি ৱাশক অমা থক্কা লৈত্রে । অতুদগি থো'রকপা অহলগি অশাউবা থক্কি ৱাকমসী ওসিক্কাও মনিল কারি । ৱাশক্কি মরেপ য়েংলগা ৱাতেমগনীয়ে । কম্বী ঙৌতুনা চাবগি ৱাহনসী শাথিনা লুত্রে । ফৌঙ্গুম হায়বগা চেঙ চোয়গুম নাম্ভোবই হায়বগুম থক্লা য়াল্লিবা ৱাহন মুঙক্কাউদী উদতুনা মীৱাম্না নাচুংদনা লৈরি ।

মমাবু ঙৌরগা চাগে হায়বা নত্তে অতুগা ঙৌনবা উয়ান থাং চৈমা লৈনা কম্বীগি করি মথৌ লৈ । ৱাহন লম্বী লান্ন ফাংলগদী ৱাখল লম্মুকনরগনীয়ে মাংখিবা মমাবু মচেৎ তানা,কল্লগা জৌজরো পীরক্কপগি অমা ময়চাকত্তু চাগে কংজগে হায়না ৱাশকপনি । ওসি মচানা মপা মৱানা মতু হাংলে মতম্না পাক শান্না ৱাতেমলেদে' ।

ইমা লয়পাকসী শিংকুপ শানা শেগায়য়গা পীরমলগে খল্লরা খঙত্রে। অহন্না পোলোইদা পীরম্বা রাকমদী ফম্বদগি লেকথরকপা মতম য়ৌরবদী ফত্রবা লীচংসী য়ৈথহৌবা ঙমগনিয়ে লীতনি ।

## (১২৫)

মাঙ থাবরু চিংলি মানা
তুং থংবনা ইল্লি মাবু।

ইশাগা লীপরুদবা য়াদবা নৌনা লয়শেম্লবা রানে । ইশিংনা তাক্লি অকুৎপনি ইন্নু' ঙাল্লে কাকনা লাউরি য়েম্'রাবনা লাংদাই পুংজাম্ল লেপ্তুনা য়ৈরি। লোমীদা ফোনানা মহুয় মশীঙস্থু অমুক তাক্লি। মহৌশা মানা লমজিংহুনা মফম মতম খঙহৌরবা মশক মংংস্থু উহৌরবা ইপা ইপুঙাক্লি। মতম্না পুমকোক কোকখোকথরবা মরম মন্নাই খঙবা মতমসীদা তাহৌ খঙহৌবা রাফম লাদা তাহৌবসীগি তুং ইন্দবা য়াদবনি

## (১২৬)

রাম্বী শারগা লম্বেন ঙেল্লি,
তুবং নাঙ্কেনা লাম্বা ফংই।

মীওবগি পুন্সী লমদিংগি খোঙচৎ তাকপা রানে। খোম্হৌক্লি থোইনা চেম্নদে য়েংবদদী উকা কানা উরে। থক্লি রাফমসীদি ইয়াং য়াংবা পোৎনি। চৎতবা য়াদবগি চৎপতনি লমশাংহু চৎকদবা তল্লবনি রারীদা অরাবা খঙহেঁদবনি। মতোমস্ত ঙইরুবদী লম্বীদা লমদনবস্থু য়ারিবা পোৎনি। থাগি রাফমদাগী অমুক ফংবনা মঙোন্দা লম্বীগি রা লৈখিত্রে য়ৌরগা লেইরে। শকক্লবা মতমদ' লমথুংফম য়োবা অঙম তানত্রে ঙম্বমথৈ শমথে। তাবদা ঙক্লা থোকপা লম চিংশিনবা হায়বহু মসীনি থংও। কাউকদবা রানি মাইম্যা তাত্রশিংনা অহিং অমদা কাছাড়দগি ইফাল লয়হেন্নখি।

